ETHAK AMASUNG EI
(A manipuri novel written by Thongratabam Biswamitra Sarma,
Wangjing Hodamba Published by Manipuri Sahitya)

| | |
|---|---|
| অহানব ফোংব | ২০০৮ |
| অফোংবি | কে লৈমা দেবি |
| কোপি মসিং | ৫০০ |
| মখুম | অথিব মসান |
| মমল | ৮০/- |
| লাইরিক ফংফম | অথিব মসা অমাদ লাইরিক [illegible] |
| কপিরাইত | অথিব |

লাইরিক নমফম বি বি ওফসেৎ প্রেস, রাংজিং বজার

# [illegible]

সাহিত্য হাইবসি সমাজ অমগি চৈসু অমদি অমমবদ থাওমৈ মঙালনি হাইন খনজে । অদুগ অযিবগি থমোইদ ফাওবকপ মসক থোকত্রিব মমি কয়াবু তাসিনদুন অহিংব অমা ওইন পুথোকচবনি । মসিন কনাগুমবগি থমোইদ পানব নৎত্রগন পানদব হাইবসিন ব্রা অমনি। অমুকসু সমাজ অসিদ চৈসু ওইখিব নৎত্রগ মৈঙাল ওইবকপ মতাংসিদদি মোৎ পিব লুসিললকই, অদুবু ভাগবৎ গিতাদ থবক তৌ মহৈ থিগনু । মসিম থাজে । অদুবু মযাই কাবব মৈবি ওইব ঙমদ্রবসু অমমবদ তনদনগি থৌদাংদুমদি লৌজগে । সাহিত্যগি মযাই মসিমকতি যামন লৈ, মদুগি ইথক-ইপোমনি মসক থোবকলিব, অহাংব মালং তাইবংগি ফজব পুমব ইসা খপতুন ইনিং তৌন পাইবুবগি মহৈ । ঐগি ব্রাবি পবিংসি ব্রাখলগি মমিনি । তাইবং কনাগি থৌদোক নৎতে। মসিতন কনাগুমবগি ব্রা তাব ঙমজবোই । ব্রাবিসিদ ঐ, ঐন হিংলিব পুনসি খোংচৎ অসিদ মিযামন কবমন যেংবিবি । লানথেংনবি অদুগ হিংবগি লমমুকনবকপ মতমদ মিসি সা ওনসিললকই মহু চেলকই । অমদি কনাগুমবগি মফমদন নুংসি-নুংওনগি লমবিদ ইথক-ইপোম কয়া মসিং-মসোন নাইন ইহৌবকই মতাংন মতমন । মসি অঙকপ অমা নৎতে । অকিব অব্রাব চিংনব মখোইসি ঙসিদি খুৎসেমগি পোৎলুম ওইবে । ঐগি চাননবি (নুপি)বু ইমাংমকতদ সিফাইন ইজৎ লৌখিবদ থমোইদ কবি ফাওবককনি ।

লাইবিক অসিগি বনান অসি মৈতৈ মযেকত যুমফম ওইবগ ইজবনি । অদুন পাবিব মতমদ তপথন পাবিযু । লাইবিক অসি পুথোকনব হোৎনবদ থৌদাং লৌবিবিব ওজাসিং মবুপ-মপাংসিংবু তৌবিমল খংব উৎচবি । লোইনন লাইবিক অসি মিযামদ খুৎসিননজবি ।

[illegible]

# অহানব

অহিংসি সুকন মমমি। যুমথোং খুদিংদ থাওমৈ মৈঙালন অমম্‌ববু তান্‌থোকনব কন্‌ন হোৎনবি, থোংনাওসিংদ মমি তাবি। তিন-কাংগি মখোল্‌ন অচিকপবু থুগাইবি। নিদ্রা দেবিন তাইবং মিওইববু মথানুংদ কোনসিনবিদুন নাওসুমখ্রে। অদুগ ঐবুন নাথৈদুন থমবিবমলে। কবিগিনো ঐন তুমব যাদ্রিবসিন? মিৎমাংদ থোইবিচাগি সকতমন মুবতিগুম লেপলবি। থমোইসিদন ব্রাখলন ইথক ইপোম নাইন ইহৌবকই। হাথু হাথু মপুং-মবৈ ফজবকলিবি মাবু কবিগি অসুক খোইদাবুবিব, মিৎকি তাইবংবু সুমব ঙমজদ্রিবিনি । বসন্ত বিতুন বিদাই পিবমলব ঐগি থমোইসিন কবিগিনো ইঙাও ঙাওবিব। নৌজবিবি মাগি মফমদসু ঐগি ব্রাখল খললিবোই। লৌথুপ-লৌকোই নৈতন ইতিং তিংন,

- কাতোম নং ঐবু নুংসিব্রা ?

হাইযো নংগি নবুক ফৎতবদো তৌনোব।

মিকুপসি অকিব পোকলকই। কবিগি অসুক হাকন থৌনা মাংখ্রিবনো খংদে। অঙাংসিদ ঐন কবিগি ইকাইবিব, কিবিব অঙকপনি। লাইবকত কাবকলিব হুমাং মবিক মবিকসিং অদুদ মহাক ইকাবপ,

- নুপানবু অদুক পাংদব ?

থোইবিচা থুন মফমসি থাদোকতুন চেনখ্রে, মপুং ফাফাৎত্রিবি ‘নৌবিবি সাহৌবু থওইবুব নৈতন। ঐগি খুংগং লমসিন, পিকন লু-নানব কল্‌লকনাবব গুমনি। কাসি ঙাইহাকাকি মবাই নোনথখি। ঐগি ইতৌসিন মহাক ব্রাবৌখ্রমনে, অহিংগি অচিকপসিন থমোই অসিবু পোথাহনব ঙমদ্রে। লমবি নৈত্রিব থোইবিচাগি নুংসি ইপাকসিদ ঙাওন তাওথবি। নুংসিবগি পিকন মৈসা কল্‌লব থৌদোকসিন নৈতফম খংহনদ্রি। অসুম মতমসু চৎখি, খংহৌদ্রে পোথাখ্রমনে। নোংঙাললকলে, ইনাও চাওবগি নুপি প্রিয়া মাংগোল ব্রাই তৈবি। ঐ হৌগৎলকপ উবদ পাখৎন ফিজিন মকোক খুমখি, লোইনন নুবাচফুদু থৈজিনখি। হকচাং সেংদোকপ অদুম লাকএ। ইংখোনগি যাইমবপ্‌ চাওব পুখ্রিদুগি থোংগ্রাদ কুমথদুন বালতিনদু

ইসিং লাকখৎপ হোৎনৈ। তাললক অসিদ

- কাতোম, ঐগিসু অমুকত।

মাগিদু লৌদুন সোকলগ পিখ্রবে। ঐসু লৈবাইদ নিংগাং ফমদুন ।

- হনু লমচানিন যাহৌদি ঙললেনে।

অযুককি নামিব নুংসিৎন চিবাইদি তাংব ফাবোইদ।

ইহি-হিগৎতুন অদুম চৎখ্রে। ঐসু কৈনোমদি থুমগে খললিঙৈ নংহৌদবে। হকচাং সেংদোকপ লোইবদুন অদুম কাবকলে। মাই-মিৎ তৈথোকলিঙৈ প্রিযান চাঙাং গ্লাস অমা থাপলপন থম্লৈ। সমজেৎ হাৎন হাৎন খললি, মাই চাসি থুমলমগনি। থাংগৎতুন চিংবদ হাইবগ ওনথোকন থুমলমখ্রে। ঐ চা থুমবসি পামদে তালকসিদ নুপিমচা অমগি খোনজেল তাবকই। মদু মাংগোলদ ওইন তৌরি,

- দোমচা কাতোম চৎথোকখ্রবব?

- লৈবনি, কৈদৌবে?

- তু অংকসে অমুকত হোৎহলগে।

ৱাবি লোইফাৎত্রিঙৈদ থোইবিচা ঐগি কাদ চংলকই। তানজাদু ঐ খোংগ্রাও সেৎচিন্ব হোৎনবি। কনাগুমবদি হংগোইদুন চংলকলোই অদুবু মাদি হান্নগি হান্ননি।

- সে, সি অমুকত যেংবিযু।

ঐখোই ওজাদো ওনথোকন ফৎখিদ্রব।

- যেংঙু,ঐ থবক চৎতোইসিনি।

- যাবোই, মি হোবেন চোপলগ নং নুংঙাইগদ্র ?

- নংসু খব হৈমনদ্রেম।

- ক্লাস নাইন্নবু কযাম হৈবুদগে ?

মখা চোনথববদি জাৎ জাৎ তৌবকপ তাবে খনদুন মাগিদু হোৎতোকপিবে।

- হোবেন ক্লা অহাওব অমা পিজনি।

ঐ চৎলে।

মাগি মতৌদুদ কবি-কবিনো খব খলহৌবি। হদক এম এস সি লোইবনি একজাম বিজল মতম ওইববনি। তৌবকতব অসিদ কানচিপুব চৎনব সেম সাবনি। থোগাল যৌবকপদ ইমান,

- নংবু কদাই চৎকে ?

- কানচিপুব চৎলুগে?

- নিংথি নিংথিন চৎলুকো, মতম চান হললকউ ।

ইমা তুংওইনবমদুন খোংন অদুম বজাব যৌবে। গাবি পাবকিং মনাককি অসোক ক্বা দুকনদৈ সাৎ অমা লৌদুন উমসিনলি। অদুগ গাবিদ অদুম কাখৎলে। মবকসিদ মনিপুবি এলবম ইঁসৈ অমা খোংলকই । অদুম তাব যাই। গাবিদু যৌব হৌবে । ব্রাখল অমা তৌবুই, থোইবিচাবু ঐ নুংসি, পামমি। পুনসিগি খোংলোই ওইনিংঙি। মসিদ লৈকাইন কবি হাইনখিনি। সাগৈবুদি পুনদে, যুমতনি থংনবিব । অমন মাদি যাম অঙাংনি, ঐগ মপা চানদে । ঙসি ঐগি ওইবিব পুনসিগি থাক অসিগ মিযামনদি বেভাব তৌনবি। মসিদ ঐগি ব্রাখল । মিনদি নুংসিবদ লাইব-ইনাকখুনব অমদি অঙাং-অহন খাইদে হাইনবি। অদুবু মিগি চিন্ কনান মেললুব ঙমগনি । অদুগ ঐখোই অনিগি থমোই থমোইদন ফোংদোকনদে হাইবত ঙাইববনি। খংদেদ যুমসিদং থংনবমদ্রবদি, অঙাংসিদং ওইবমদ্রবদি।

- ভাবা ।

ভাবা লৌগে, তুম্দন মং মংলবব কৈনো?

হা !

ইঙক ঙকন যেংখৎলুবদ ভাবা লৌবদু ঐবু যেংদুন লৈবমমি । ভাবা পিখ্রে, ইকাইব ফাওকবই । মতমসিদ গ্যান ফজন তাবে । ঙাইহাককি মতুংদ কানচিপুব যৌবে। গাবিদগি কুমথহৌবে। অদুগ এমিসত্রেতিপ ব্লোকলোমদ অদুম লাকএ। মনুংদ চংদুন হংলুবে। অমুক থোবকপদ লমবিদ বিনদিযা থেংনৈ মান থব্রাই যাওন,

- তোমব ।

- হাই বিনদিযা ।

ঙাইহাক নোকমিনৈ। কবি লৈবে মবম হংনৈ । ঐখোই অনি মবম মাননৈ । কানন্দ্রবদুদ ঐখোই অনি পুনন থোকমিনবকলে । ঐখোই অনিসি সবজেক পুনবনি। ব্রাবি সান সান লাকপন বাজ হোতেল মপা যৌববলে ।

- তোমব, হোতেল চংলুখিসি ।

- ঙসিদি চোপিহে, তানজা খংদব হাইদুনি ।

- অদুমন খনগনু, নুপিসু মিনি কৈনো ?

- ফবেনে ।

মখোই অনি চংমিননখি। কবি-কবিনো খব চাই ব্রাবিসু অদুম যানসিললি।

- যুম পানবৈ ব্রাখল তৌদ্রিবো ?

চহিদি অদুম যাববনি ।

- খল্লবনি, অদুদ মতা চাব নুপিবু লৈত্রিদ ।

- অসেংবৈবনে, অসুক মবাং কাইবব মতমসিদ,

- যুম পানগদব নুপিদি তাংঙিদ

অদুইবুদি,

- মখোইদু ঐখোইগমুব ঙাকতনি ।

- অদুমন হাইনু, নখোইদি যাম ফৈ ।

- অদো, নুপি থিবদো ঐখোইসু যাওবিগে ।

- যাওবিযুনে। অদো সেলদি ঐ পিবগে ।

- অদুবুদি ঐন পিবসু কাইদেদ ।

ঙাইহাক লৈবগ মসা তুকথবপ হাইবকই,

- ঐসু নংগিদি কবিগুমব খব তৌনিংব লৈ ।

অসুমন মখোই অনি অমুক কাইনবে । মমাংদসু ঐঙোনদ নুংসিবগি ইংগিৎ পিবকখ্রবনি। ঐন পুকনিং চংলুদবগি ব্রানি । অপাম নুংসি হাইবসি তোঙাললি মসক ফজব ঙাকনসু হেকত যাদে। মা নুপি অমা ওইবদ থোইন ব্রাৎতবিনি । সাবান-মুবতি থিক-থা, কুচুতবু খব লৈসিললি । নুপিদি অমুবিন হেনন মোললি-থোৎলি হাইনব লৈ । অদুবু হৌজিক কানগি মকে-লককেসিদি অমুবি নুপি লৈত্রে অথিবসু যাওদ্রে ওনথোকন মযেক থোকখ্রব।

বিনা তোমবখোই লৈবক ব্রাংমগি মৌ নহানি মান খজিক নৌগনি । মচা নুপি অমা লৈবে মাগি নুপাসু প্রাইমাবি স্কুল ওজানি । মসিদ খ্রাইদগি লুবিব অমন তোমববু কনাসু খংহনদন কললকন খোইদাজে। মসি পুকনিংগি ব্রানি । পাপ পুইন্যাগি ব্রান অমনি। তোমবন হললকপদ লমবিদ থেংনৈ । মাগি যাম কি-হংগোইজব মতৌদুন তোমবগি থমোইদ মিনুংসি অমদি ফাওবি। মখোই অনি লমবি থৈনখ্রে । মতমসিগি মৌ নহাদগি খজিক লিতক তৌববিসিংগি ফিগেৎ চাকচাসি অমুক হাইবুনিংঙাই লৈতে । ইংলিস ফিলম যেংদ্রবসু যাবে । মিৎকি মনিং তমজবে, মসিগি

ফলনি ঙসি নুপি-নুপাগি ফজদব থৌদোক ব্রাথোক কযা নোংম কাংদন থোকলিব । মখোইন খললি ফজব লুব নানব হাইবসিবু নেকেৎ ওইবনি হাইন। অমন মিন যেংনিংনবনি । ব্রাফম অসিমদি মপুংফান চুমদ্রে ।

## অনিসুব

তাদ ইবোবিসি মসা যাম নাললি। নোংমদ গনজা ঙানথক্ অমা অনিদি থব্রাই তান থর্কচে মসিন মাবু গনজাবি হাইনদি কৌনদে । ঐখোইগ তাইনব সম্বললৈদু নিংথিন কক্-সেম্লি থোইবি লাকতুন চা পিবৈ । মপান,

- চাদু নং কাগি অমসু পুবকউ ।

মাংগোল মচিদ ফমদুন তোমব তাইবোবিগি থবকতু যেংলি ।

- তোমব, চা থকসি লাওনে ।

- যাবনিযে তাদ ।

- লাওনে লাওনে, নযামবগিসি ফজদ্রবো যেংলোলাওনে । তোমব চৎতুন ফমলুই, অদুগ সমবললৈদ যেংঙি । থোইবি থোবকতুন,

- সে কাতোম চা,

- নংগি কাদুত হাইযু ।

খজিক নোকলগ ঐঙোনদ কিবুপ যেংলকই । ঐদি পাউখুম কবিসু পিখিদে তাদ ঐখোই অনি চা থকন থকন ব্রাবি-ব্রাতাই তৌব্রি । থোইবিচাসু ঐখোই অনিবু যেং সাননবগুম অদুম তাবি । চাদু ঐগি পামজব থোকলে।ওনথোকন চমন মহাও লৈখ্রে । ঐগি অনিংব-অপাম কযাবু থুংহনবিগদব মাল্লকই । ব্রাখল মওং অমনি। থোইবিচা ইমুংদ চংখ্রে । তাদসু সমবললৈ অমুক কক্খ্রে । ঐসু অদুম লাকলে। অবুব থবক লৈতব হাইবসি মতম লেনব যাম ব্রাই। ফমুংদ লোংন হাইথৈ, ফকলাংগি অকোইব যেংঙি । মদুন থমোইবু শানতি পিব ঙমদে। পিকচব যেংনিংলকতুন দ্রেস দিজাইননিং মেগজিন অমা উপুদগি লৌথোতুন যেংঙি, লেদিস সাইৎতন হেনন পুকনিং চংলকই । পুকনিং চিংসিনব দিজাইন খব থেংনবে, লৈহিন মপুং ফান থুপচিনজব মপুং ফাবাৎতব সকতমদুনি মিৎযেং লানথোকনিংদ্রিব । তানজাসিদ চাকপাও লাকই,

চাকসংদ লাকএ চাক চাব হৌবকপ অদুব্রাইদ থোইবিচাদু ইহি-হিগৎন তেংকোৎ অমা পুবদুন ময়াম চানবিব অদুদ চংলকই। ঙা থোংঙি হাইদুন তৌবিব জাৎনি ।

-দোমচা সে-।

চৎখিনব তৌব্রি প্রিয়াসু ঐখোইগি যেনসাং পিখিনব সিললি ।

- ঙাইখোনে নংবু, সে ঐখোইসু পুখো ।

চমথোংনি মহাও তংলু ।

মহাক ইতিং তিংন হনখ্রে । হনন ঐবু অমুক লোনন যেংলমমি । মতৌদু প্রিয়া উখি। চিংনবগুমন তৌখি । অদুবু কবি খনখিবনো খংদে । চাব তোকতুন কাবোমদ অদুম লাকএ । হকচাং ইংথনব মওংদ ফমথৈ । থমোইদ প্রিয়াবু ইকাইব পোকলকই, মবকসিদ তুমনিংলকতুন ফমুংদ কাখৎলি । অদুম গ্যান তাখিদ্রে । মিকপ থোবকপদ ইনাকত থোইবিচা লেপলমমি । ঐন মিকপ থোবকলিবসি মান হৌদোবক্লিব জাৎনি। ঐঙোনদ,

- কাতোম, হৈ চাসি, হৈনৌ পুবকইনি। হৌগৎলো ।

তুমলুবগি ফি সেমজিনদুন হৌগৎলি, মাই মিৎ তাথোকলে । ঐন অমুক চংলকপ মতমদদি মাদি হৈদু সেম-সাব লোইবমলে ।

- সে- চাবসি ।

চামিনবে, মাসু নোকনিংব কবি কবিনো ব্রাবি যাম লিবি । ঐসু তাই । ঐন থব্রাই তান নোকখিব ব্রাফমদু হনজিন্ হনজিন্ হাইদুন মহাককি পেনজব ওইবি। কবি হাইবুববনো খংহৌদ্রে। হৈ চাবিব খুৎতুন নাতোন্ সিদ তাপ পাইদুন চিংঙি, মতৌদুদ ঙকপগ সাবন তৌফম খংদ্রে। ইতৌদুদ মাসু ইকাইবকলমনে প্লেৎনুংদু হনদোকলমদুন চেনখ্রে । সাওনিংলুবদি লাইবদন থমোইদ নুংসিববু পোকলকই। মহাকন তৌব খুদিং লোইন যানিংঙি । মসি ওইবজাৎনি ।

পুখ্রিদ ইবুজব চৎলি, মপানদ ঙাইহাক ফমমি । উপাল-ব্রাপাল য়েংঙি, মিৎ নুংঙাই, ইনৌ-নৌবদন। উচেক-ব্রাযা কয়া তোংলি । কয়া অমন অতিযাদ পাইবি। মবকসিদ মিগি সহুম্ ফংলকই, যেংলুবদ থোইবিচা ওইবমলে। মাসু ইবুজব লাকপনি ।

- কাতোম লুবসে ।

- নং হানলুবো ।

মা ফি হোংব হোৎনবি । যেংলোই খনবনি অদুবু ঙমদে । মসি কবিগিনো খংদে, লোনন হুদুন যেংলুব মিযেং অমা মান লাইন ফাখ্রে। অবথ লৈন ঐবু যেংলগ হিগৎলকই । ইকাইব পোকই উপাই লৈতে, ঐসু নোকলে। মান সমপু লুবদু ঐঙোনদ মনম্ন পুকনিং হুব ঙমদে । চিংহি ওইবমলবদি ‌ । সমলাংসিংদু লেং ওন ওনদুন থরাই তান লুজবি। অমুক মসা পুমব ইসিংন চাইথে। মিযেংবু অপেনব পোকহললি। থংনব মিকুপদ মপুং ফান চোৎলব ফিজেৎতুন থমোইদ রাহং কয়া হংলকখি । অসুম লাকসিনখিদুন মিকুপ অমদি ভাপ তাখিদে । থোৎলবি হকচাংদুন পুংসুম সুমখি ।

- ঐদি লোইবে ।
- ঐসু লুনব তৌবগে ।
- কাতোম, ঐগি সকফমসে নুংসিদ্রো, খুমমুনে ?
- রাহংদি জাৎ জাৎনি ।
- ঐ কাবমলগে ।
- উম,

মহাক তযাং তযাংন কাখ্রে । ইবুজব হৌবে । রাখল অমদি তৌবি । সুম তৌনব্রা খংদে, অঙাংসিদ ঐসে ‌ । চহি মতাংসিদ অঙাং তাবকপগুম তৌবি । অসুমন ইবুজব লোইসিললে । যুম কাখিবদ থোইবিচাদু মচুম তাবির্মখৈ কেবদুন ঐখোই মৌগ রাবি সাদুন ফমলমবদু উবুই, মাবু অমুকতং মপুং ফান যেংনিংবনি, মৌ যাওবদুদ অবেমব তাহললে । কাদ থাও-নুং তৈবিঙে ইমা চংলকই, লৈমাইদ ফিদা যাওদন ফমথখ্রে । অদুগ পুকনিং চংন হাইবকই ।

- পবিখাসু মাই পাকলে, অদুন যুম পান্নব তৌসি ।
  রাসি মুনন খললু, নং অঙাং নৎত্রবনি ।
  মতম চাব হাইবসি গ্যান লৈব মিগি মসিননি ।

পাওখুম পিদে। মখা সমথবকই,

- ঐ লৈবির্মখৈদি ফৈ । ননাও নুপিগি সেবাদ
  নহাক পুকনিং নুংসিবককনি ।
- ইমা মুনন অমুকত খনখিগে,

চহি অমতংদি মতম পিখো ।

- যাই অদুগ যামন সাংথবদি যাববোই ।

ইমা, হবাও হবাও কাদগি মপান থোকখ্রে । অদুবু ব্রাখলদি নুংবংনহলনি । হৌজিকমক যুম পাললবসু যাবনি । অদুদ, ইসাগি সেনথোক লমবি অমসু ফংদ্রি। অদুগ মবুওইব অমন থোইবিচাগি ব্রাফম অসিনি । খুংগংগ সহবগসি যুমবানবগি চহিসি খব খ্বৈনে । ঐখোইসি খুংগংদদি অদুম থেংতক ওইববনি । থোইবিচাগি মতাংসি ফিবেপ লৌব ঙমদে । নুপি অমা হেকত তবাইন তৌব যাবসু নৎতে ।- পুনসি চুপ্‌প লৈমিনগদৌবিবনি । হিংবদ ইজৎ হাইবসিসু যাওদব যাদ্রিবনি ।

- তোমব,

কল্‌লপন গোবোং চংলকই । ঐসু ঙকন,

- আই-! ভাই নোবেন, অস নং কদাইকান্ থোবকই?

চাননব মবুপনি । ঐখোই অনি কোনসিনখৈ । নুংঙাইব ফোংদোকখৈ । মা হৌজিকত যৌবকপনি ফি হোংবগ ঐগিদ লাকপনি । মসা চোকথৈ হাইদুন ফমুংদ হিপথখি । তানজাসিদ ইমা চংলকই,

- ইবুংঙো, নং থোবকলেদন ।

- হোই ইমা ।

ইমাদ চা অনিত সেমবিবকনব হাইখি । ইমাসু থোকখ্রে ।

- হনদকতি অঙাংব যাওবকএ ।

মওংতান পাবতি তৌনিংব উংখি । ঐদি অঙাংবসি মসিন অহানব ওইগনি । অদুন যেনিংব পোকই, তানজাসিদ প্রিয়া চা পুথোবকই,

- তামো চা সিদ থমজবে ।

প্রিয়া চৎখ্রে।নোবেনন সিফাই ওইবগি অব্রা-নুংঙাইবদু মবিক চুমন লিবকই। ঐসু নুংঙাইন তাই । অকিব সিব যৌন ব্রাব মতাং ফাওব লি। মসি থমখ্রগ ব্রা অমা হৌদোবকই,

- যুম পানসিননব তৌসি ।

ঐগি চনৈনবিব ব্রাবি পুমনমক লিখি । কুইন খল্‌লব মতুংদ,

- অমুকতং খন্‌নখিসি ।

- খনফম খংদে ।

তানজাসিদ থোইবিচা চংলকই, নোবেন নোকমি নোকমি মহাকপু

- *সংগোম*

- মসি অঙাংসে থবক খিতং তৌবগ অসি ঙাকতনি ।

- অঙাং ওইদুন তৌবিবনি ।

তৌবগিদি মহাক থবক খব চিনদুন তৌবি ওইবিনি । মখোইগি সন্‌বিসি সংগোম যামন থোকই । কেজি মঙা-তবুক নোংমদ থোকলিবনি। লমগি মতাংদ তাননব যাব তাননবে, লমসি ওনথোকপ তাবে । ব্রাবি লোইবদুন ঐসু যুমদ অমুক হললকলে । থোইবিচাদু কমদৌবি হাইদুন চিংন অমুকতং যেংলুই । থোংনাওদ হেক মিৎ চাননবুবে । সাওনিংন মমাই সৎ লৈথোকখি। ঐ মখা অমুক যেংলুদ্রে।

## *মরিসুব*

প্রিয়া নিংথিব কাসিদ পোথাব ঙমদন সাওনিংন লৈবি । মপুবোইব চাওব থবক চৎলুবদগি হল্‌লকই । নুপান হললকপদ নুপিন সাওদুন লৈবমবসি নুপা কনানসু হবাওব ঙমদে । চোকথবদু সোফাদ ফমদুন মাগি নুপিদ ইসিং গ্লাস অমা পুবকনব হাইখি । চৎখিবদি লাইবদন হেনন ইনোৎ কাবকই, মতৌদুদ চাওবন,

- হাই নংবুনিনে হাইবিসে,

সাওন লৌব চৎখি । ফৎ লাকতুন সাওন শিবকই, চাওব মাগি নুপিগি লুজদব থৌদৌদুদ অফিং কাবকই । ইসিংদু তাপ লৌদুন প্রিয়াগি মমাইদ অমুক হৈসিনখি । কৈ অমোমগি সকতম লৌবকই, চাওবন,

- ম্নি উসিৎতব, মসি ফাগিব ।

- নংবু নুপাব, কবি পামলিব হাইবসু খংদব

- নং মতোইননু, চৈ চাবককনি ।

ঐসি নংন কবিওইন উই ?

চাওব মসা পুমব নিকই, মমাই-মমিৎ ঙাংসিললি । থংনব মিকুপত চাওবব খুবাকতুন প্রিয়াগি খজাই অমদি চিনদ থাজিনখি ।

- ফৈ খংগনি।

তাইনব ঙমদ্রদুন সুৎ-সুৎ কপলদুন উপু মথকত থমলিব পোৎচৈসিং লংখাইবকই । মাগি নুপিন অসুক সাওবিবসি কবিগিনো খংদ্রবসু মমৈদদি চাওব চিংনব অমা পোকলকই। প্রিয়াবু ফাজিনব হোৎনৈ । যাদ্রবদ

অমুক থেমলকই,

- সে সাওবনু, কৈদৌবে হাইবো ?

তপথবো অঙাং মচা মানসিল্লককনু ।

মৈগুমন সাওবমব অদু মপুবোইবগি ব্রাহৈ অমন অমুক ইংথখি । অদুগ মপুবোইবগি মথানুংদ চংজদুন । সোনথব অমেংব খোনথোকত সুৎ-সুৎ কপলকই। মতৌদুদি নুপা কনাসু নুংসিদব গুমলোই । মখজাইদ নুংসিন নানথবিবগ অমদি সমলাংসিংদু পাইবিবগ চাওবন নুংসিব খোনজেলদ,

- হাইযু নংন পামলিব মযেক সেংন ?

- তামো-,

- হাইযুনে ।

- ঐ ব্রাবে, মযামগিসি সেবাদ,

কুচু কুমেন থোকত্রে, মসি কনাগি মাংজবনো ?

ব্রাহৈসিদ খংলে । প্রিযাসি তোঙান চানিংলে হাইবসি । অদুবু চাওব লৈখাই তাব ব্রাদি ঙাংনিংদে মবমদি মতাং চাদ্রি । তামোন যুম পানবগ ইমাগ ঐগ পুনগদবনি মসিদ থুনমক তোঙান চাবুব মিযামগি মিযেংদ ফজদব লৈ । তৌবগিদি ইমফাল নুপিন লব্রাইদ ওংঙকপ মসি যাম চান্নদে খুংগং নুপিন সহবদ লৈখিবদি হেনন মসা কোমমি । মসি চাওব খংদব নৎতে। অদুন,

- তামোন যুম পানব ফাওবদি ব্রাববসু খাংখিসি ।

- ইস, নং তামোসে, পাক নুপি থিখিবোই ।

ব্রাফম অসি মমান তাখ্রে । মমা খুদিংমক মচাসিংবু নুংসি । ব্রাখলন অহনসি কোক চিকহললি । তানজাসিদ তোমব চংলকই, মমা মচা ফমমিনদুন অবুব ব্রাফমসি তান্নব হৌদোকই, ব্রাফমসি তোমব মবুওইন লৌখি । অযুককি চাক ইসিং চাথোকনবগ পোথানখ্রে । মতমসি মেত্রিক পবিখা হাইদোকলে হাইদুন লমহাং লৈবক-খুললক ইবাং লাংঙি । তানজাসিদ থোইবিচা খবব অমা পুদুন তোমবগি নাকত চেললকই, পাখৎপসু লোইনবকই,

- কাতোম সে- খবব যেংবিবো

মখোই অনি বোল নমববদু থিমিননৈ । সেকেন দিবিজিনদ যাওবমলে।

- সেকেনদ যাওবেনে,

- হা------।

হবাওবন গ্যান মাংলবব, চাক তোকপগি হুমাং সৌদুন খুদৈখক সেৎতুন লৈবিব তোমববু চেজেৎ কোনসিনখি। তোমব তৌফম খংদ্রে। থোইবিগি হবাওবগি মিহুনদু তোমবগি থবাককি তুহাও মবকত ফাওজিল্লকখি। নুংঙাইবগি ইথকন থোইবিগি মসা যামন লেংখি। থোৎলবি মান তোমবগি মথানুংদ সান্নজবদু তোমবসু মিহুন মখোন থোবকই। মবক থৎন

- কাতোম অস য়াম নুংঙাই,

মহাক মিকুপ অসিদ কৈদৌবুববগে খংলকখি। খজিক ইকাইবকখি। অদুবু হাবওবৈ ইনিন্ন অমদি নুংসিবগি মযাইন,

- কবি চানিংঙি, ঙসিদি ঐ লৈবদৌনি।

মযুমদ তমলুখিগে হাইদুন হবাওন চেনখি। নুপি ওইবিগি সবাননিন অহাংবদ ইথক-ইপোম হৌমিন্নখি। ঙসিগি থৌদোকসি মিঙোনদ হাইদোকলুগদব ইকাইব পোকই।

- ইবুংঙো---

মমা চংলকহপদ ইথক-ইবৈদু নেমথখি।

- থুন যুম পানসিন্নব তৌবসি।
  ইমৌ অনিগি খুৎ যেংনিংলকলে।

মমান হাইবিবসিগি নুংগি অবথা লোইন খংলে। ৱাখলসু মুনন খললে।

- হাইবো কবি চাসিগে, ইমাখোইসু হবাওহৌবে।

মতাং চাদব ৱাফম ওইবনি খংলদুন থোইবিচাবু হবাও-হবাও তৌবিবমলগ থোকখ্রে। থোইবিচাসি মহৌসান যাম কে-মৌজব পামম্মি। মসকন ফজবনিন ইপকত পকই। যৌবন মতমগ ওইবনে, যেংবগি পেনব নাইদে। নিংথিববি চিনবান মচাদুদ লৈ মচুগি চিনতৈন মবেক কাবকপদু উবুবদ তোমব পুকনিংদ কৈনোম ফাওখি। তোমবগি মিযেংদুদ,

- কৈনো যেংদুন লৈবিদি ?

- অস- হাইফম খংদ্রে।

- কবিগি ?

ৱাফসি খুমখিদে। থৈদোকতুন চাবগি মতাংদু লৌখৎলি। থমবৌ অহিংব

চানিংবগি ইংগিৎ পিখি। সে মাই হাইনব নংদ্রিঁঙৈদ মাদি থোংগাললোমদ চেনথোকখ্রে। থুন অমুক পোৎফমবিদগি থমবৌ অচৌব অনি পুদুন চংলকই। চাং-নাইন ফজবিব যাতাদু উৎলদুন,

- চাবসি,

ইসিং লৌবুদুনা চামথোকলি। হন্ন যেংবদ পেনখিদব মসক, সবানদু লোন্ন যেংজৈ মতৌদু মাসু খংব মাললি অদুবু অদুম ইনিংতমহললি।

ঙসি মাগি মতৌসি হান্নগ মান্নদে। মসিগি মতিক চাব মবমদু খংনিংলুই। তৌবিব মতৌসি মপানদ হৌবিব লৈবাংসিংন থোংনাওদ চেপথ চেপথ যেংনবি। ঐগি ইতৌসি মিনগ খংখ্রব চিংনব পোকই। কোইন অমুক যেংথোকলুই। থোৎলবি চিমবানদু হিগৎতুন চাওন থেকলব মকক অমা পিবকই।

- সে -

ঐগি মিযেংসিদ মহাক ইকাইব পোকখি। থমবৌ লৌবদু ঐসু খুৎ নিকখি। চান চান অমুকসু যেংলুই। ঙৌববি ঙকসমদ তিন-যোৎন ব্রাখল্ খনখিবদু উখি। চাব থবক লোইবব মতুংদ

- কাতোম ঐ অমুক চৎলগে।

ইমান্নবি মযামগ পুললুখিদোইনি।

মহাক চৎখিবদ ঙসিদি ইনাকতগি থমোইদ পামমুজব অমা ফাওবকখি। মসিন কদোমদগি লাকলিব লিচিংনো ।

থোইবিচা মমান্নবি অবে মখোই খব মাংগোলদ সেংজু চামিন্নবি। কাহেন্ন মবুওইদবদসু থব্রাই তান নোকমিনৈ। অসিগুমবসি মখোই লৈসাবিগি হৌনবিনি। মতম সাংন-সাংন মমান্নবি কযাগ অব্রাব লৈতন ব্রাবি সাদুন মতম মাংহললি। মসিগুম্বসি পাখং মচাসিংদসু থোকই। অদুবু ঙসিগি ব্রাবিসি পবিখাগি ওইন তৌবে। তমফমগি মতাং পাস তৌব-তৌদবগি মতাং অসুম সান সান লোইসিল্লকপদ মমান্নবি অমন,

- নংগি হিবোদু লাকওইদ্রো ?

- খংদে, পবিখাগি পাওদি খংনিংলিনি।

- লাকপসু যাইদ,

থোইবিচাদ অমুক ওনসিল্লকই,

- থোইবি নংবু পামজব মি অমা লৈদো ।

খব হাইবিযু হাইবকই কুইববনি । তুৱেলপ তম্‌লি

- মদু ঙাইখোদ, ঐ কৈনোম খললি ।

- খংঙে ইবেমা, হনু-লমচাদুদ ।

মসিগি ৱাসি মখা তাহননিংদে । মিন তাখ্রগ ফজদব লৈ । মদুন মঙোনদ অকিব পোকই, মতৌ অদুদ,

- হাইজববোই ইবেমা ।

- মি থমখিব্যেই খনবনিদ,

- অদুবু ওইবদি ফৈদ ।

ৱাবিসু লোইসিললে, চাব-থকপসু । মমান্নবিসিংদু থোংগান ফাওব থিনদোকখি । মখোই চৎখ্রে । বিনা ইসিং সোকপ থোবকপদ অমুক থেংনবে । মৌ নহাগ লৈসাবিগসি ৱাবি পুনব অদুম যাই । বিনান হৌদুন তুবেন ফাওব লাকমিনবে । চৎন-চৎন,

- থোইবিচা, নং চিংনব অমা লৈদো,

- কবিবো ?

- নংসু খংলিনিদ

ৱাফমদু থোইবি খংঙি, অদুবু খংসিন্নদব সাই । হাইদোকলুবদ ফজদব লৈ, মখা তাবকই ।

- হাইদোকউ কৈদৌগে ।

- চিংনবিদো, অবানবনি, কাকাবু মি সিব ৱা ।

নুংসিবদ লাইব-ইনাকখুনব, অহন-অঙাং খাইদে, হেনদে'কতুন অতোমবি ওইনব অমদি নুপা লৈন অতোপ্‌পদ লৈখিব যাওবিবনি। মসিদি নুংসিবগি মগুননি । মাগি পুকনিং থৌগৎপ ৱা ফন ওইদুনসু পুকনিংগি ৱাদি থোইবিচা কনাদসু হাইদোকখিদে ।

## মঙাসুব

ইঙা-ইঙেন থান লাকপসি খুংগং লমদ থবক যামন চিললি । ঙবাং ঐখোইগি লৌ লিংঙি । ঙসিন তাইবোবিগি থাগনি। অদুন মযাম ঙনন লৌফমদ থুংনবে । তিনফা-কাকফৈসু যাম কললি । ঐখোই নুপা মবিন লৌহোন ফোইব হৌবে । নুপিমখৈন লৌ নিংঙি । অঙাং অমা-

অনিন লৌহোন হোনদোক-হোনজিনগি থবক তৌবি । ফোইবগি নোনখৎ-নোনথা তৌবদ লৌবুককি ফজবদু উবদ পুকনিংদ নুংঙাইব পোকই । লৌকোনসি মিন সৌগ্রি যুংখ্রে । লৌ খোইব অমদি উকাই-তকপগি সন্থৌবগি অব--- তিতি খোনজেল পুমনিল নিললি । মবকসিদ খোন ফব-ফবি কনাগুমবন খুলং ইঁসৈ সকলকলি । মসিন হকচাংগি অৱাব কোকহললি। পুং নিপাল মাপল তাখিব খংহৌদ্রে । থোইবিচা অচা-অথক পুদুন কুমলকলে। মযাম হবাওনৈ। মযাম ঙাইহাক পোথাদুন অচা অথক যেনদুন চামিননৈ । মযামগি যেনব লোইবব মতুংদ তন অনি লেমলে হাইদুন মমাদ তাকই মমান,

- নংগি অমা ওইবো, অমদুন নং কাদ পিবো

থোইবিচাখোই ইমুংন ঐবু লুন তৌব মতৌসিদ লৌলিংবি মৌ নহা খবদি ঐবু মবৌ লৈন যেংলকই । মদু ঐসু খংঙি । তানজাসিদ থোবিচা চংলকই,

- সে ---,

পাখং ঐখোই অনিতনি যাওবিব তনদু ঐখোই অনি তংখাই চামিনবে। মবকসিদ নহাসিন,

- তামোদি দাও যাইনে ।

মযাম হৌগৎনবে। থোইবিচাসু হনখ্রে । পৌৎ চিৎথবব যেংবগি তানজা লৌদুন ঐবু ফললপ যেংলমমি । মতৌসি মিতেক-মিবৌ খংবি মৌ অনিদি উহৌখি । থোইবিচান চৎখ্রব মতুংদ ঙসাইগি মৌ অনিদু ঐঙোনদ অবথা লৈন যেংলকলে মতৌদু হৈনিংদ্রদুন ঐ মাই লৈথোকই । মযাম কন্ন হোৎনমিনদুন লৌ লিংবসি লোইসিললে । মযাম হবাও হবাও নোক খেদুন হনমিনবকই । ঙসাই মিচাননখিব মৌনহা অনিদু পাখং ঐখোই অনিগি তুংদ নকতকন অদুম লাকই । খুনগি লমবি যৌবকপদ ঐখোই অনিগি নাকত নকসিললকই,

-তোমব--

-হুং--

-নংবু নুংঙাইবিবো ?

ঐখোই লেংগানি লাইবিক তমমিনবকখিবনি ।

-ৱাই হাইহৈদেযে ।

-যুম পানসিললো,অদুগ অমুক যেংঙু ।

মতাং ইচা চাদবগি ব্রাদনি খংলবদ,থবক থোকলবদি ঙমন ঙমন তৌখিব মতাংদু নিংসিংহললি। মখোই মচা যাওনখ্রবনি । মদুন ঐঙোনদ চাওথোকপ উংলি । মতাং চান অমন,

-অঙাং-নবু ফবনি, নহা ওইথোকই হাইবনি ।

পাওখুম পিখিদে নোকতমক নোকখি । মখোই লৈহৌবে । থমোইসি পোথাব ঙমদ্রে লাকমিনব অঙাংসি অদুম তুমিন লৈ । অসুম লাকপন মাসু মযুম চংহৌবে । ঐসু লাকএ । পোথাব ওইন ঙাইহাক ফমদুন সানতি তৌবি । অমুক হৌগংতুন পুখ্রিদ ইবুজব চংলে । ইবুজন হযেং কাংনি হাইব নিংসিংলকই । কনানো অমন,

- কবিনো উংলিদুবো ?

লৈথোকতুন যেংবদ থোইবি কোনফেংব লাকলমমি । পাওখুম ওইন হযেং কাংনি খুমখি । মাসু খংলমগনি । কোনফেংখ্রে । ঐসু লুজব লোইসিললকলে । তানজাদুদ ইসিং লাখৎপদ মখুৎতগি বালতিনদু তাখ্রে । ঐবু অমুকত লৌখৎপিনব হাই । ফাগিওই তনবগি ইংগিৎ উৎখি । ইতৌসিদ সাওনিংন যেংলকই মতৌদু অমুক নুংঙাইত্রদুন লৌখৎপিবে,

-অদু সিব্রা ?

-ইবুজববদুদ তৌবনিদ

মহাক লোইসিললগ কাখ্রে।অদুগ হন্‌ন যেংলদুন সুগৎলগ,

-লৈহৌবো ।

চাক ইসিং চাথোকলগ ঙহাক ফমুং কাখৎতুন পোথাবুই । অদুম তুমথখ্রে, মিকপ থোবকই । মদু নোবেনন হৌদোবকই, মাই-মিৎ তাথোকলগ ফিবোল হোংদোকই, নোবেনদ,

-কদাই চৎসিগে ? তৌবদি লৌ মতমনি ।

-যানিদ, অযামব লোইসিললকলে ।

মান হাইবদগি ব্রাকিং ওইন খোংন অদুম ব্রাংজিংলোমদ লাকই । অসুম লাকপন ব্রাংজিং বাজাব যৌবকখি অমুক ব্রাংজিং মনুং যৌসিললকপদ তুবেলদগি ইসিং সোকপ লৈসাবি মযাম চৎনবিবদু থেংনৈ । লমদমসি তোতি ইসিংসু চাই তুবেলদগিসু অদুম সিজিননৈ । ঙসিদি মৈ লাকতবন

তৌবিবনি। লৌথা মতমনিন লৌবুক-লমহাংসি যেংবদ পুকনিং নুংঙাইহললি । হনদকত নৌন মপুংফাববি লৈসাবি কযান মতমগি ফিজেৎ লু-নানন সেৎ-চাদুন ইসিং পুবদুন পবেং নাইন কাবকপদু যেংবদ যামন নুংঙাই থমোইনুংদ কললকন তিনযোৎখিব খংহৌদে । লকননিংব পোকই । ফিবমসিন অপনব ওইবে । দুকান অমা থেংনবে। ক্বা অমমম চাসিললে । অমুক যুমলোমদ হলকলে । বজাব য়ৌবদ চানদনি দুকান চংদুন বোব অসাব খব চাই । ওজাসিং খবসু থেংনৈ । ঐখোই অমুক থোবকলে । ব্রাবি সান-সান লাকপন যুম যৌবকপ খংহৌদ্রে ।

## *তবুকসুব*

মমাংঙৈগ মান্নদ্রে কাংসি থব্রাই ইযাও যাওনদ্রে । অদুবু অদুম তৌবিবনি । মহৌসান বথ যাত্রসি ঐখোই লৈকাই পাললি অদুম পুবকই। নোংথি-নোংমংবসিদ পাললি পুবিবসিং মোনদ ইনুং নুংঙাইতে । মযাম চংদুন অযুককি উসব তৌনব সিললাংঙি ।

লৈসাবি পাখংসিং নোংবু সাওনখি । মবমদি নুংথিলদ লমবিদ পাখং লৈসাবিন চিকন চাইনব ঙমলোইদৌবিবনি । মসি মখোইগি পুংব স্মেনব সকখং মাইখংনবগি তানজা অমনি, অদুবু খংহৌদ্রে নোংন ফুদিৎ ফুদুন চুথবকলে অমুকক হেনন নহাসিংগি থামোইবু মচেৎ তান থুগাইবিখি ।

ঐসু বাবাগি মহুৎ সিনদুন পালিগি অব্রাৎ-অপ কমদৌব হাইবদু যাওসিললি । ঙসি বিনাগি থৌদৌসি ঙকতব ঙমদে । মাসু যেনসাং মনা-মসিং সেম-সাবিবনি । মতমসিগি মৌ নহাসিংগি ফিজেৎঅমুক হাইবুনিঙাই লৈতে । কবিগুমব নুপান কল্লকচব মফমসিং থেলদুন লৈবমব হাইবসি হেক উবুবদ মিন খংখিগদ্র ইকাইজবতনি। পামমুজখ্রব উহৌববোই হাইদুন, মদুমক ঐঙোনদসু থোকলে । লোনন-লোনন যেংজৈ । হকচাংসি মৈসা ফাওবকই । মহাক ঐন যেংঙি হাইবসি খংখ্রবনি । মসি ফাওবদ মান কবিসু থওইদব হাইবসি ঐঙোনদ ব্রাখল খল্হললি । অসুম পনথববদি মওং তাবকলোই খনদুন অমুক যুমদ হললকলে । অসুমন যুমদ হলকপ মি খব তাংগনি ।

নোং হাংখ্রে । মওং অমদ মযামসি হবাওনখি । নুংসাসু থোবকলে ।

উপাল-ব্রাপালসিং য়েংবগি পেনব নাইদবে। লৈনম চাওবি লৈপালসিংসু মসাগি লৈনমবু লোৎসিনজব ঙমদ্রে। হৌজিক খব ঙনতকন চিংখোকনব কনাগুমবগিদি কাং চিংব হৌনখ্রে। পাখং লৈসাবি কয়াবু অহনব ফিরোল সেৎ-চাদুন কোইথোকনবকলে। থমোইদ নুংঙাইবগি ইথক-ইপোম হৌদুন। মসিন অউব কনাগুমবগি থমোইনুংদ নুংঙাইব ফংঙি। অহন ওইবব কয়ানদি হৌখ্রব পুনসি তাংককপু নিংসিংলকতুন থমোইদ তকসি সোননজখি। মাইকৈ কয়াদগি লাকপ পাখং কয়ান লমদম লমদমগি লৈসাবি কয়াগ সকখং-মাইখংনখি। পুনসিগি আসা কযা তৌনখি। মতমগি হোংলকপন মখল কযাগি গাবি মচানসু ফজব হেনগৎহনখি। মসি মতমন পূবকপ পুনসিনি মহাওদ য়াওব মচুনি। মতমন অসুম চৎবিদুন নুমিৎদাংব্রাইবম ওইসিললকলে। অদুন লমহেন-তুহেনব পাখং-লৈসা খব নৎতন অয়ামবদি ময়ুমদ হননরকলে।

নুমিদাংগি পুং তবেৎ-নিপাল তাসিনখ্রে। চাকঙন্ থোংব ঈমুং খবদি চাক তোকনখ্রে। অথেংবসিংদি থোংব লোইনদ্রি। তানজাসিদ থোইবিচা থোং-পবদা হাইদোকতুন ইনাকত চংলকই, মতুংদ খুং য়েংন কবিনোম লোৎতুন থমবগুম তৌবি।

- থোইবিচা,

মখুৎত অঙাংব থমবাল অমা ঐঙোনদ পিবকই,অদুগ

- মনমদো নুংওনদব য়েংঙুনে।

মহাক মখা তাবমদন থোকখ্রে। মখোইগি থোংজিনদ মমান ঙাংবদু তাবকখি,

- ইবেমা,নংবু নুমিদাং কোইথোকপসি তোকলোনে।
  ঙসিদি নং লৈসাবি ফাববনি।
  মিন ফজদন ঙাংনখিনিনে।
- ঈমাসিম মি কাতোমখোইদ চংলুবনি।
- হোইনে,মদু ওইরবসু।

মচাবু কৌসিনদুন ইমুংদ চংমিনখ্রে। লোইনন অকুপ্প ব্রাবি অমসু সাননব তৌখি। ইমুংদ ব্রাবি সানখিবগি মবম খললুবদ কোক সাব হৌরকই। হেনন হেনন খনজিনব হৌবকই। গ্যান মাংসিললকই। বিবুললা চুরব ঐগি ইতৌসি ফকলাংদ থেৎলিব, খোংজোম লানদ

নোংগখ্রব পাওন ব্রাজবাসিন মিৎ কুপ্তন যেংলকই মিয়েংসিন থমোইদ ইকাইব পোকলকই। পুন্সি খোংচৎ অসি লাননি। অদুন ঙসি থেংবিব অসিসু লাননি। মসি মাগি-মাগি লাইবকনি। খন্ব যাব খব খল্লমলগ মপান্ থোবক্লে। তাংন জৈদেপ চোংবগি মখোল তাবকই। মতমসিদ মসিগুমবসি যামন তাংলব থৌবমনি। কদোমদগিনো অমুক থোইবিচাগি মবম খললকই, মাগি কাগি থোংনাও মপাদ চংসিল্লুই। মহাক তুমব যাদন ব্রান খাংলমখি।

## তবেংসুব

নুংসাসি মৈসা কাবক্ কনখৎলকপ অদুব্রাইদ মি খৎনবগি মখোল তাবকই, অনকপদগি ওইবদুদ থোংনাওদগি যেংঙি। তাদ ইবোবিখোইগ মখা ইমুংগ খৎনব ওইবমমি। খৎনবগি মবম খংলে ইংখোলগি মতাংদনি। সোকনব যাওনবকপ তাবে হাইদুন চেন্সিন্খি। লমবি-সবকতগি মিন কুমহৈ ওইন যেংনবমমি, মতৌসিদ লৈকাই অমা ওইন তোমবন,

- তাদখোই ইনাওখোই অমুকত তপথবিযু।

যান যানব তপন তান্নবিযু মদুন অফব ওইগনি।

অসাওব হাইবসি তমব ঙমদে অসোক-অপন যাওববদি, মচানুপা অমন সাওন খুমলকই,

- নং মঙাইবেনে খংলিসে নংগি কবি নথৌ লৈ।

যাম হৈবদি অমুকত ব্রাতেমুদন। অবেমবদ ------।

সাওন পাইবিব চৈদু খুৎপাই চেৎন ঐবু যেংলকই। মতৌদুদ অমুকসু থেমজিললি,

-ইনাও ইবুংঙো সাওগনুনে।

-নংন ঐখোইদ ব্রা হাইবিবসে কবিগিনো,

নংবু কনানো, ইবোবিগি মযানুপাবো ?

ব্রাফম অসিদ নুংসাগি মৈসা ফংবদ উনন মহি লাংথোকপগুম ইংলমব থমোই মৈ ওনদুন চাকলকখি। অদুবু মতাং চাখিদে তকসি সোনখি। হনতকতি তোমব তুমিনন লৈখ্রে। মখোই ঙাংনব য়াব মখৈদু ঙাংনখি। ফল তাব ঙমদে। মযুম মযুমদ চংনখ্রে। খব ইংথখ্রে। অমুক হনন হুইন

খোংলকপগুমনদি তৌবি । মাগি মাগি যানব মিওইসিং কমদৌনবে হংনবৈ । ইকাইব অমদি অসাওবন পুনখব্র তোমব মাগি কাবোমদ অমুক হনখ্রে । মি সিব যাব ব্রানিন অঙাংদুবু সিব যৌন ব্রাবৌখি । তসেংন ফোংদোকনদিব্র নুংসিবনি । মসিন তোমবগি থমোইদ যামন তাথিখি । তানজাসিদ থোইবিচা ইহি হিগৎন, কবিসু থওইবুব লৈতন ইনাকত চংসিললকতুন হাইববি,

-ঙসিদি চোপলিনি ।

মাগি মতৌসি যাম চানদে । মযুমদ মি খৎনবি অমুকসু মসিমদি ঐঙোনদ হাইবদ ফজদব ব্রানি ।

- কৈনো উংলবো ? পেললিদ ।

ব্রাবিসি পৎ থদৎলগ তপন অমুক হাইবকই,

- কদাইদ তমসিগে কোলেজ, সেকেনদবি, হাইবো ঐদি খংদ্রে।

- অনকপ কোলেজসিদ তমলোদন ।

- যাই ।

অদো কবিগি অনকপদ তমহন্‌নিংলিব ?

মবৌ লৈব ব্রাহংদুগি অবথা খংঙি । অদুবু ইফ-ফজন,

- নুপিন থাপন চৎপসি নুংঙাইতে ।

অমুকসু নখোইগিদি মিসু তাংঙিদন ।

নিংথিববি চিমবালদু খিগৎতুন মবৌ লৈন ঐবু যেংলগ,

-মদো লোইন চুমলব্রনে ?

-উম ।

মখা তানিংদ্রে হৈনিংব পোকত্রে । ঐগি তন্‌জান্‌নবকপ মতৌদু মাসু খংলমলে,মাইফম হনজিললগ তপ্‌ন ।

- ফবে কাতোমব চৎলগে ।

অচুমববু অবানবন নমহৎপিবব, খুৎলিংবন তৌনিংব তৌবদ কনাসু থিংলুব ঙমদে, মথব্রাই নুঙাইতন

অহিং অচিকপদ মতৈ-মনাও ব্রা তাননবি, ইবোবিন,

- মমা কমদৌনি ?

- কবি উপাই লৈবি। মাইপাকপগি আসা উসিললকত্রে।

*মখোইদি খুৎলিংঙি মচানুপা মযামনি পোকলিব,*
*ঐখোইগিদি কদাই ইচানুপি অসিমখক.... ...*

মিসি যামন ফৎত্রে। মসাগি ওইজব থিবদ অচুমব উব ঙমখিদ্রে। তুমব যাদে ব্রাখলন মিন লাকচখিবগি, মপানদ থোবকলে। অদুগ তৌফম খংদ সুমাংদ হংগৎ-হনদ চৎতুন লৈবে। লৌবি-সিংজা কা নুপি অঙাং হাইনবিবনি, মিন খজিক লাকচখিবদ সিব কিনদ্রিব। মাগি মবুম থুপচবিব ইমুংগি মিওইসিংদি কবি হংঙুবনি । তোমবসু ঙসাই ইবোবিন তৌবিবদু উখি। অদুন কমদৌবনো হংনিংদুন মাসু মপান থোবকই। ঙাইহাক মতৌদু যেংন মনাকত চংসিনগে তৌবদ কৈনোম্ খললকই মসি মতাং চাদেদ ফজব ব্রাৎকনি। অদুন অমুক তোমবদু চংখ্রে। হেকতমক ফমুংদ কাখৎপ ঙমদে তাদ ইবোবিদু কমদৌবি য়েংনিংলকই, থোংনাওদ যেংঙি মতৌদুন থমোইদ নুংঙাইতব পোকই। অদুম ফমুংদ কাখৎলে। কাংন মতৌ অমা ওইদুন নিংথিন হ্মদোকলগ হিপথবে, অমুকসু খললকই, তাদদু তুমব য়াবমলোই। কনাদসু অকাইব পিদন ইবোবি নাসোন পিকন তুমফম কাদ চংখি। ফমুংদ খোং যানথদুন ফমলগ সোব সাংন হোনদোকই। ফমাংদ থমলিব ইসিংদু গৎ লাওন থকচিললি। অইংব ইসিংদুন ওমচাকলিব থমোইবুদি ইংথহনব ঙমদে। কাংখল-নুংখল কবিসু সেমদন তবংদ হিপথখ্রে। তুমথখ্রমনে।

- অস নিংঙমখিদ্রেদ।

কন্‌ন লাওবকই কাসিদ মুসিন ঙাললিব মৈবিদু খংদুন ফৎহাইখি। মাগি নুপিসু মিকপ থোবকই। হৌগৎতুন মপুবোইববু কৈদৌববগে যেংসিনজৈ। অদুগ,

- মোইব
- হ্ম
- নিংথিন পোৎথাবিয়ু।

নিংথিন সেমজিন লোইসিললমলগ লোইনবিসু ফমুংদ অমুক কাখৎখ্রে। নোং ঙাললে। খবব যেংবদ তোমবন যাওখিব থবককি পবিখাগি ফল লাওথোকলে হাইদুন যাওবকখি। লাংতকনন যেংলুনব সেম সাই। মতৌদুন মমান

- কদাই চৎলুগে ?

- থবক হাইদোকলে হাই ।

- যাওবকলবদি ফত্থ্রগনিদ, হা ইসোব থৌজানবিযু ।

মমাদ চৎলুখিগে খংহনলমলগ থোকখি, মমান থব্রাই যাওন

- মংগোল ওইযুকো ।

লমবিদ মওন-মওন খললকই । ঙসিদি সেনজা-থুমজান খুবক কাংদবে । থবক লৌবদ অচুমব তৌদ্রে । গ্রেজুযেৎ ওজাগিন লাক অহুমদগি মঙা ফাওব। অদুগা প্রাইমাবিগিন অমদগি অহুম ফাওব লৌনৈ । মসি অবোনবনি অফোংবনি অনিমক হাইব চুমমি । গাবিদগি কুমথদুন নোতিস বোৎ তমন চংসিনদুন যেংঙি । মাগি সেবেল নমবব উঁব ফংদে । মিৎ তনদন পাইবকই । উঁপাই লৈতে যুমদ অদুম হল্লকলে। তানজাসিদ বিন্দিযা অমুক থেংনৈ । মোন হন্ন লৈথোকনব কন্ন হোৎনৈ উঁপাই লৈতে ।

-বিজলত যেংলুববো ?

-উঁম, যাওদ্রে ।

-ঐখোয ইনাওদি যাওবে ।

-সেল পিখিব্র ?

-মবি পিখিবনিদ ।

বিনদিযাগি মৌপ্বাদু মেট্রিক ফাওব ব্রান পাস তৌখ্রিবনি । অদুবু সেন্ন অব্রাৎপ লৈহনখিদে । বিনদিযাগি ব্রাসিং অসিন তোমবগি মফমদ থমোই চিকপ ওইহললে । মহাক কবমন লৈথোকসিগে খনবদ যামন ব্রাবে । তোমব হৈনিংদ্রে হাইবসি খংখ্রে । অদুন অতোপপ ব্রাফম অমা হৌদোবকই। যামন ফাগি পুন তৌবকপনি ।

- যুম পাল্লগে খনবনি নুপা লৈত্রেঙো,

ব্রাসিদদি থব্রাই নুংঙাইবমদব অদু তানথোকখ্রে । নোকনিংব ফাওবকই। তোমবসু ফাগিদ হাইবকই,

- অমা ফাবসিদন ।

- নং থৌবি পুথোকউনে ।

- থৌবিদি অনি লৈ ।

মখোই অনি পুন্ন নোকমিননৈ । অচৎ-অওংসু যেংনৈ । যুম পানবদ চহি মতাং চামল্লবসিংদদি মিযামন বিজাব পিবি নুংসিন যেংবি । অসুম চৎন চৎন ব্রাবি সাবসি নুংঙাইত্রে হাইদুন খব চম্ব হোতলে অমদ

চংখি। কবিনো খব চামিননৈ। ব্রাবিসু মখল সুবে। অবুবদগি অবাইব ফাওব মসিগুমন তান্নবদি অফব লৈ। মখোই অনি পুন্ন অমুক থোবকলে। যাম থাজদন লমবিদ থোইবিচাগ কোক থেংনবে। থোইবিচাদু লৈথোকখিব যাবনি অদুবু কবি খললুববনো খংদে। চংসিললকতুন,

- কাতোম
- আই নংদি কদাই চৎলুবিব
- লাইবিক খব বজাবদগি লৈবুবনি।

মবক থৎন বিনদিযান হংলকই,

- নচল্ল ?

ব্রাহংদু থোইবিচাসু তাই।

- লৈকাইগিনি।
- ইবেমম নংদি নমিং কবি কৌব্রি ?
  ক্লাস কযা তমলে?

থোইবিচা কৌব্রি খুমখি। অমদি ইলবেন তমলি খংহনখি। বিনদিযা অমুক মখা তাবকই।

- নংদি নসকন ফজবিব, ওনথোকন নুংসিখ্রেদ।

বিনদিযাগি মতৌদু থোইবিচাসু হবাও-হবাও তৌজখি। অমুক চৎনিংলদুন থোইবিচা,

- ইচে হনখ্রগে।

নুংসিন বিদাই তৌনখি। অদুবু মাগি মাইথোংদ কবিনি হাইফম খংদব মমি অমদি তাখি। মদু তোমব খন্থব ঙমখিদে। মখোই অনিসু অসুমন লাকএ হনদক বিনদিযা ব্রা ইঙাং ঙাংখিদে। মসি মসাসু মযেক সেংন খংলমলোই তন্থবকখিবনি মবমদি লৈগনি তোমবন,

- কৈদৌবে তুমিন লৈববদি ?
- ব্রাবে।
- যাম ব্রাবব নংসিদি ?
  যাম ওইন চাওদৌমাললি।

ঐসু অফিং-অপাই হাইদোকলুবনি। ব্রাহৈদুদ ঐবু অমুকতং ফল্লপ-ফল্লপ যেংলদুন তনথবুবদু খজিক হৈনিংন

-অসেংব ?

-উম্

ব্রাবি সান লাকপন গাবি পাবকিং যৌবে। অদুন ঐখোই অনি কাইনবে। ঐ গাবি তোংদুন লাকলে। মিসি মখল্ যামমি। সিৎতবু খোইবাংজব ভবাদি পিনিংদব, যেংব হৈববদি কুমহৈন পিকথললে। বজাবদ মনা-মসিং যোল্লুব নুপি অহনসিংদু গাবি মনুংদ বিবি থকচিলকই। নুংঙাইতে হাইবুববু মওং অমদ খুমলকই,

-ইবুঙোখোই, নমাখোই মচৈ সিমদি থকলগে।

মসিদ নৎতে, য়ু ঙাওবব অমগ মৌ নহা অমগ ফমমিনবি। মদুদ নুপিদুন ব্রাজখিবদুদি কবি অমুক হাইবুনি। অসুমন অসুম লাকপন ঐখোই গাবি থাফমদু যৌবকএ। কুমথহৌবে। খোংন চংব নুংঙাইবোই হাইদুন ওক্তোদ অদুম যাওবকলে। যৌবদুন লৈবকত কুমথহৌবে। মচা হল্লকপদ ইমা থোংগাল ফাওব চেনথোবকলে। অদুবু মচাগি মাইথোং উবদ নুংসুক-নুংজানখি। ব্রা হংলকখিদ্রে। ঐগি কা ফাওব চংমিনবকলে ফি-নুং হোংলবদ ইমান তপন হংলকই,

- কমদৌবে ইবুংঙো ?

- যাওদ্রে।

ইমা নুংঙাইখিদে। অদুবু মচাগি মফমদদি উৎলকখিদে। মতুং অমুক যেংব হাইদুনি। মমা মপান্ থোকখ্রে। ঐসু নিংথিন পোথাবে। চাক্ চাথোকলুবে। ফমুংদ হিপ্ন খললি। সেনথোক লমবি অমা লৈতনদি কমদৌন হিংগনি। লমবি উসিল্লকতে। অসুম খল্লুবগ মচৈদদি লমবি অমা থোবকই। যেন্ লোইবগে। অব্রাথবি পামবি চামা থাববদি। মদুন কুম্ অহুমলকতি হেকপ যাগনি। মুলকপ মতম্দদি হৈ চামাদি মুনগনি। যেনদগিগ, অদুম হিংব যাগনি খললি। মসি থুন পাংথোকলগে। মসিদ কবি চংগনি, মমাং ইংখোলদ ইগি সং অমা সাব, সেল খববুদি লৈগনি মসিন হৌদোকপ যাবগনি,

-কাতোম। তুমলবো ?

খংকৌ কৌবকপদু খংঙি, মখা তাবকই,

-হৌগৎলোব নংসিদি ?

হৈনিংদন ইমোন-মোন্ন হৌগৎলি।

-য়াম তুমনিংখ্রব ।

হৌগৎতুন ফমুংদ ফমম্মি । মান চৌক্রিদ ফমখি । কৈদৌবগে হংঙি । মদুদ মান,

-ঙসাই নুপিদুবু কনানো ?

বিনদিযা, পৰিচৈ মুমৎ তান হাইখি । মদুদ অমুক,

-মাবু নুংসিদ্রো ?

থাজদব ব্রাহংদুগি পাওখুম পিখিব ঙমদে । মি অতৈসু লুগনি । ঐন অমুক হংজিললি ।

-নংদি নুংসিব্র ?

-এ !

-ঐদি মি খুদিংমক নুংসি । ঐবু তাথিব মিন অমনি ।

-ঐদি কমদৌরি ?

-মদুদি নসান খুমজবো ।

ব্রাবি অমবোমদ থৈদোকবকলে । মাগি অসিগুমবসি তোইন থোকই। থোইবিচা হযেংদগি কোলেজ কাবগনি । অকিব নৎত্রগন চাংযেংনিংব অমা মঙোনদ পোকই । মতাংসিদ তোমবন হাইবকই ।

-কোলেজ কাবসি যাম নুংঙাইবনি ।

নুংঙাইবগি ইথকত লাইবিক পুথহৌনিকো ।

খুদিংমক মাইযোকনগদবনি । অদুবু মহৈ তমলিবনি হাইবসি কাওবদি চুমদে ।

ঐগি ব্রাসি মহাক যানিংখি । লোইনন অমুক হনখ্রে । অহাংব অতিযাদ ব্রাখলন মনিং তমবসি যাম নুংঙাই । মসিগি ইথিলসিন পুনসিবু মযাই কাহললি ।

## *নিপালসুব*

ব্রাফম অসিমা অহিং কযা খনখ্রবনি । ঙসিসু কুপ্ন নৈনবি । ফিবেপ লৌখি । ইবোবিগি লৌ পবি অনি লৈ । সঙম অমা যোন্নব লেপলে । সেনসি ইংখোল তাইনফমদ চেককি ব্রাল্ খানব প্লান তৌবনি, নাকল অনিসি চেকপল অসিন সক ফাওব উনহনদবদুনি মান পামলিবসি। হন্ত্রক নুপি থিবকখিব সেল যামন পাইখৎলকলিব ইনাও ইবুঙো ব্রজামনিদ যোন্নব ব্রাবি তৌনবে । যানবে মমলদি লাক অমদনি ।

মতমসি সঙমদ অমা খজিক নানথব মসিদ চৎনবি। ঙসি অযুক যাংখৈ খুৎসিন্নদুন লৈব-যোনবগি চে ইনবে। অব্বাৎপদুন নুমিৎ মঙানিগি মনুংদ পিনব হাইদুন লেপনবে।

থোইবিচা কোলেজ চৎনব ফিবোল লোইসিললি। মান ফিসেৎতুন কোলেজ কাবকপদু যেংগদবগি তোমবসু সেন্নদুন ঙাইবি। চিন্বালদ অঙাংব চিনতৈ, লাইবকত অসংব বিনদি, মতমগি বেক অমা যানদুন সাইকল কেপ্তেল্দু থৌদুন থোইবিচা থোবকই। মহাকসু কাতোম উদেন হন্ন যেংদুন লাকপদ তোমবগদি থেংনদ্রে। অদুবু তোমবদি থোইবিচাবু উহৌব্রি। মদুন মথমোই নুংঙাইজব অমদি ফাওখি। থোইবিদি নুংঙাইতন অদুম চৎখ্রে। স্কুলগ যাম খেনবমব অসিদ মহাক নুংঙাইখিদে। কোলেজগি চৎনবিদু চাসিন্নব হোৎনবদ মহাক অব্রাব অমা ওইখি। ক্লাস লৈতব মতমদ বেন্নদদ ফমবসি হৈনিংদে নুপিসু নুপাসু হেকতমক ফমমিনৈ। মতৌদু মাদি হান্ন তৌবকতবনি যাম নুংঙাইতে। অমবোমদ থোইবিচাগি ফজবন কোলেজ অসি মতৌম ওইহললে। চেংলবি খ্বাংদুন ফল্লকলিব নিং, লোইবোই ফল্লিব লেং। মুন সাংলিবা সম্। যেংবগি পেনদ্রব মাইথোং, নহা অহলসিংন উবদ তিন্ যোৎনবিব ঙক্কি মখা হাংব হকচাংগি সবুকসিং সৈথাবন ব্রাৎলি। উজববত পেনজগনি। ক্লাস লোইবদুন খুন্গি লমবিবোমদ চংখিবদু উবদ পাখং কযা ইন্নবকই। অসুম লাকপন যুম যৌবকলে। তোমবসু মান হল্লকখিবদু উখি। হন্তকতি তোমবসু খমবলবগুমব অমা থমোইদ ফাওবকখি। তোমবন কাদ অমুক চংলকতুন ঙাইহাক ফমলব মতুংদ থোইবিচাসু লাকই। মসাসু যাংন নুংঙাইনব মওংদ ফমলৈ।

-অস কযাম ব্রাই। অমবোমদ নুংঙাইবসু যাওবকই।

বা কযাম চুসিন্নদে, ক্লাস অমগি মতুংদদি খব ফখি।

-কবি খললি ?

-যামন খললিদ,

মতৌ লৈন ঐবু যেংদুন লৈবি থোইবিচা কুইন লোইনবকলবনি অমবু-অমন অপামবদু ভাপ তানৈ।

- লেকচব প্যান তাব্র ?

- ইংলিস ঙাকতনিন খব ব্রাইদ।

ব্রাবি কয়া সান্নবুবব মতুংদ মান যাম নুংঙাইতব ব্রাফম অমখক তমলকই। ক্লাস পুন্ব অমদি পুন্দব পাখং মযামন ঐবু যেংলগ ব্রাবি সান্নব মতৌদু খোং থাংব ফাওব ঙমদে। মতৌদুন মখোইগি নুংঙাইব ওইনখি। মতৌ অদুদ,

- মদো কবিগি মাললি ?

খংদেদ ফজব হাইবদু লোইনা পুনসিললে নোকলগ,

- মসি ওইদুনসু অমদি ঙাওবিযু যাদ্রিনে।

খংসিনদব সাব, থমোইদদি মমিদু লোইন তাবি। মবমদি ইবৈ-লৈতবনিন অদুম হিগৎতুন লৈবে। মতৌসিদ ঐসু কন্ন নোকথোকলুই,

- হা------ ।

ঐখোই অনিমক পুন্ন নোকমিনদুন কাসি পুমনিল নিললি। মবকসিদ মপান্দগি মমান কৌবকই, অহান্বদদি তাদে অনি-অহুমলক কৌবকপদ তাবকই।

- ইমান কৌবে। ঐ ইসিং সোক্লুখিগে।

মহাক চৎখ্রে। ঐসু অদুম লৈহৌবে। ফি হোংলগ লমবিদ অসুম থোকলুই। ঙসি তোতি লাকতে। মৈ লাকত্রদি অদুম লাকতে। অদুন তুবেনদগি ইসিং সোকলুব কাবকপিন লমবিসু ফজন লৈতেংলি। নুং তাব তুবেনগি নুংঙাইব অমন গুহা মচা অমতং তৌথোকপদ অদুম ইসিং নিংথিন থোবকই। মতমসি অহোংবনি ঙসিদি সনাবুল ঙাকত পাইনবে। মসিনসু ফজব হেগৎহনলি। তানজা অমনি হংচিৎ লাংব ওইন থোংদ ফমলিঙৈদ থোইবিচাখোই মখোই নুপি মচা খব কামিনবকই। পাখং মচা খবসু ইন্নবকই। মখোইদু মসা যামন নাললি। মচিন খব যাংব অমন মি লৈব খংদন ঐগি মপা ওইন,

- থোইবিচা, ব্রা অমত হাইগেব।

হৈনিংদব মতৌ উৎতুন মমান্নবিদ ইগিৎ পিখি। মতৌদুদ থোইবিচা পামজব পাখং মচাদু ইকাইজখি। পাখং মসামকন

*থোইবিচা সাওন্নবে, ঐনেই হনখগে।*

থোইবিচাখোইসু কাখ্রে। ইমান্নবসিংসু অযামবন মযুম পান্সিনখ্রমিন মতাং চাদে। উপাই লৈতে। ইকাইনদব পাখং মচা অমগ অসুমক

ব্রাকিং ওইন কোইথোকলুই। নুমিদাংব্রাইসি মালংবন হকচিক লাংবসিদি যাম নুংঙাই। মহৌসাগি ফজব কয়াসিন পুকনিংবু কোন্‌সিনখি। হল্‌লকপ মতমদদি থোঙ যৌবকপদদি থাবলন নিংথিন থোকলে। ব্রাবক অচৌব মিবু লকনব হৌবকলে। অহিং নুমিদাং লৈসু লৈনম সনদোবকলে। ইমুং চংদুনা ফি হোংদোকলুবগ মপান থোবকপদ থোইবি মমামচা ঐথোই চাকসংদ চংখিব উই। থোবকপদ মমাদ

- ইমা, ঙাইহাক হকচিক লাংহৌখিগে।

কবিসু খুমলমদন ইতৈম হন্‌খ্রে। ইনাকত চংসিলকতুন থোইবিচান,

- কাতোম, থাবলসি মতাম ওইবেকো,
- উম ফজবে,
- ঐগদি কনান হেনবগে ফজব ?

মাগি অসিগুমব ব্রাহং অসিদ পাওখুম পিব ঙমদে। ইচিক চিকলকই হাইদুন হন্‌ন যেংলুবদ

- ননা পংব্র ?
- ঙকমললিকো নং।
- সাওনিংব্র ?
- সাওদেদ, অদো, নং গ্যান খব তাবদি ফৈ।
- ঐবুদি তাগেনে, নংদি সুকতা তাদেনে।

মমান চৈবমলনি হাইদুন চৎখ্রে। চিংলেম্‌লবি থাজসে ঐবু চিংন যেংদুন লৈবে। ইকাইদুন ইমুংদ অদুম চংলকলে। তৌফম খংদন অসুম লৈবিঙৈদ অহিং ওইবমলে। অমুকসু তন্‌দন লাকতুন নোংঙালকলে।

লৈকাইগি প্রধান অমদি অমিনগ যাওদুন যানব ঙমখৈ অমা পুথোকলে। অসেংবদি মপাদু ইবোবিগি লম খব মাংজববনি। মদুদ মহাক পেনথোকখি। নিযমগি মতুং ইনন সাহি তৌনখ্রে ইংখোল মপু অনিগি। অদুন চেককি মিসত্রিসিংনা লমজিংদুন গুনিযা তৌব হৌখ্রে। অতৈ মযামসু সংগোম গ্লাস অমমমতং থকমিনবগ কাইনবে। মতাংসিদ খোমব মখোইগি থমোইদ ইকাইব ফাওখি। নুমিৎ তবানিমুক সুবকপ মতমদদি যুম অনিসি ব্রাংখৎলকলিব পলসিন অমগ-অমগ উইহন্‌নখিদ্রে। লনাই থবক্ ওইবনিন খুৎতি নাললে। যেংবদ পুকনিং চিংসিললি।

ঙসিদি তাদ ইবোবি পুকনিং সান্‌তি ফংলে। যানদব মিসিদি

কৌন-ঙাংনদ্রগন হেন্ন ফৈ । থবক লোইবমিন ঙসি নুমিদাং থবক সুবিব মযাম পুন্ন চাক চামিন্ননব সিল লাংলি । ঐসু অদুম যাওবে । যোগলি অঙাংদুগ ঐগন অব্রাৎ-অপা কবি-কবি চেন্দুন মেনসিল্লি । কোক ঙাওবি মহি (যু) কাসু অদুম মবাং কাইন যাওবিবনি । থোং-থাকপ লোইবমিন মযাম মাংগোলদ মৈ ঙান্ন থান্দুন হাওন চাসিন-থকমিননবে । চাব-থকপ লোইবব মতুংদ থবক সুবিবগি দখিন তৌবে। অসুমন ময়াম নুংঙাইন হবাও-হবাও কাইনখি । তোমবসু হনখ্রে । ইবোবিগি ইমুংন নুংঙাইন সান্তি ফংখিবসে তোমবসু সবুক য়াওখি । ব্রাখল পুকনিং হাইবসি মসিং-মসোন নাই । অদুন অমসু অমসু যান্সিন্নন খল্লকই, ফজব-নিংথিব মসিন থমোইদ কবি পাওখোং চললিব, পাওখুমন কবি পিখিব---।

মমাং ইংখোলদ যেন লোইনব সংদু ঙসি সাব হৌবে । ইনাও চাওব, অমদি তাইবোবি লোইনন লৈকাইগি মি খব যাওবিদুন নুংথিল্দদি অযামবন লোইসিললি । নুমিৎ হুমনিদদি উবা থাব লোইসিল্লে । ইদি তাদ জিবোন্ন কুপ্পিবে । অসুমন সং সাব লোইসিললে । প্রিযান লোনব চাদ তাইবোবিন,

-ইবেমা নংগি চিনিসিদি !

তাজিবোন,

-ঐদি পামজবি থোকলে ।

মযাম ব্রাবি-ব্রাতাই নুংঙাইন সাদুন সাব লোইবব সংসিগি অসোইব-অব্রাৎপ যেংসিললি । মখোই ঙমন হন্নখ্রে । মাইকৈ অহুমদি ব্রাই তৈসিনব যাই । নকল্ অমন ব্রাচেংন পবম সাদুন খাবব । অদুগ লৈমাইসিন সেলবগি ব্রাইদু খব থান থাজিল্লব । নোংমাইজিংনিন কোলেজ চৎত্রুমানলে । থোইবিচাসি নাইতোম পোকচবিনিন মনিং খব তৌন লৈজৈ, অদুন মতম অযামবদ কে-মৌন মকে সেমগললি তাল্লকসিদ মহাক অমুক ইনাকত লাকই ।

- সিদি লোইবেদন, ফবে ।

- ঙসিদি ইসিং সোকলুদ্রবো ?

- মবুকসি ফৎত্রিসি যেংঙো,

- চুমন হংবনিদ

- অদুই ওইবসু ।

মাইকৈ মবিদ হংগৎ-হন্দ চৎতুন সংসি মুন্‌ন য়েংঙি ।

- ফন য়ামন লোইব য়াবনি ।

মবুম খুন্‌বদি ঐসু যাওতাবে ।

- যাওদৌনি যাওদৌনি ।

হবাওদুন অঙাংব বাসি লৈবি চিনবালদু খিগৎলকই । মতৌদু যেংবদ নুংঙাই ।

- কৈদৌবে অদুক মুন্‌ন যেংলিদি ।

- যাম নুংঙাইব

- ইস, মসক অসিগ,

সাওসিননৈ মতৌদু তোম খংখিদব নৎতে । ঙাইহাক নুংঙাইব ব্রাবি-ব্রাতাই তৌবব মতুংদ মহাক অমুক হন্‌খ্রে । ঐ আসা কযা তৌদুন সংদু যেংলি ।

ঙসি যেনাও চাম-যাংখৈ লৌবুদুন লোইব হৌবে । মচিন্‌জাকসু খব লৌবকলে । থবকতি চিনব হৌবে । অনৌবগ ওইবনে পুকনিং চংঙি। মতম অযামবদসু সংগি মনাকত লৈবে । অব্রাথবি থানবসু সেম সাব লোইবে । কাংখুলসিংদু নিংথিন সেম সাবে । মবুদি এগ্রিকলচবদগি লৌবুনব তৌবি । তোমবগি হোংলকলিব মতৌসিদ লমবি-সোবক লৈবুং ব্রাবিনবকলে। মাসতব ওফ সাইনস লোইবব অমনবু যেনলোইব, অব্রাথাবি থাবসিদি।

## *মাপলসুব*

তাইবোবি ইপা-পাখৎন ঐগি যেন্‌গোনদ লাকই । মপোপ্‌ ফবকলিব অব্রাথাবি পামবিসিংদু যেংন যেংন মাগি পাওদু তমলকহই, মতৌ অদুদ ঐন কৈদৌবগে হংঙি মদুদ মান হাইবকই,

- উনিংখোংদ অসিব অমা তাবে হাইবি ।

- কনানি হাইবিগে ?

- মখা ইমুংগি যাইমদুনি হাইবিনে ।

- মাদি লাং-ফাংদি তৌদব মাললিদ ।

মতাংসিদ মুন্‌ন খননৈ । মি হাইবসি অমন লোইনমক খংব ঙমদে । অমবোমদ খৎনখিব লৈববসু অসি-অনাগি মতাংনিন চংলুবন চুমগনি । অদুবু খমুকতি তৌবি । মবকসিদ মমাংদ ইংখোলগি খৎনখিবদ মাগি

মতৌদো --- । মবকসিদ তোমবন,

- ফবে, ঐ হংলুগে , তানজা অমা য়েংলগ চংলকউ ।

মথা ইমুংদ চংলুনব তোমব তুবেন কুমদুন মখোং-মখুৎ চামথোকলুই । মখোইদ যৌব মতমদদি ইমুংসি মিকপ্-মিবাওখোলন্ন পুমনিল-নিল্লম্লে। লৈকাইগি অহন্-লমন মিযাম লাক্নবে । অসিবদি পুলিস্ন পোসমোতেম তৌনব পুখ্রি । মমান তেংথান,

- ইমাগি যাইমা কবি মতৌনো নংন তৌবিবসিবো !

মচা কাইনবগি অব্রাবসিদ মযামসু সবুক যাবি মিৎলুদ পিবাং লোন্ন তৈথাকনৈ। তোমব উবদ খোমব চংসিল্লকই । থৌনা পুমনমক মাংখ্রে । পুনসি হাইবসি মসক খংলকপগুম মাইথোংদ মযাই কাব যাওদন, মখোলথোকন কপথোবকলে । লানখ্রে হাইনা ঙাকপিনব নওংদ,

- ইপল্ পুকনিং ফাথবিযু । অসি-অনা হাইবসে
ঐখোইন তম্লুব ঙমব নংতে । ইসোবগি লিলানি ।

- মমাংদ নপল যামন লানখি ।
সিবদ পুব যাবোইদব লন্ খবগিদমক --- ।

- ইপল নচাখোই কবিসু ব্রাবৌজব লৈতে ।

মতমসু ব্রাংলি হাইদুন তোমব অমুক হনখ্রে । খোমবসু মযাম লাকলিবদু মাইযোকনৈ । অসুমন অব্রাব হাইবদু খমথেংন মাইযোকনবি । পুনসি হাইবসি কনাসু মসান মবাইবক সেমব ঙমদে । অদুবু হোৎননবুব-তৌবুব মাযমদুগি মহৈ খববুদি অদুমক ফংনজখি । সোমদ ইবোবিদ তোমবন পাও পুমনমক তমলুই । পাওসিদ ইবোবি চংলুবদ অকাইব লৈববোইদবনি, হোবেন অসোকপ পুথবকপ মতমদ চংলুনব হাইনবে । নুমিদাংব্রাইদগদি যুম যৌবক্কনি খংনববদ মিযামদু খব হন্নখি । অনৌব খব অমুক লাকই । লৈকাই মবি-মতাসিংন হোবেন চংগদব পোৎলম লাংসিললি । তোমব ঙাইহাক পোথাবিঙৈদ থোইবিচা মোবোক সান চংলকই ।

- কবি য়েনসাং চাগে ?

- থবোই থোংব, কযাম হাওব্রি ।

- খব পিবকউ যদ্রা ?

- অসেংব লৈহৌবি লৌবুখিগে ।

মহাক চংখ্রে । ঙসি য়েনসাং খিলকত্রিবসি থবোই থোংবসিননি । মসি ওন্ন

কবিগুমব ইকাইনববু য়াওনবি । কনাগুমবগি ইমুংদ ইফোং-ফোংনবসু যাওদব নৎতে । তেংকোৎ মচা অমা পুবকতুনা তেবল মচাদুদ থমলগ পুকনিং চংন,

- সে মহাও তংলো,

তেবল মথকত লৈব ইসিং গ্লাসতু লৌদুন খুৎ চোৎহললি অদুগ তাপ্ তাপ্ লৌদুন চুপপি । মওং তান সাইদুন যোৎলগ,

- যাই হাওরিহে । মোবোকতি --- ।

- ঐন থোংবনিদন,

ইমুংদগি চাক পাও লাকই । থোইবিচাসু চৎখ্রে । তেংকোৎতু পাইদুন চাকসংলোমদ চংসিললি । চাব তোকতুন ফমুংদ ঙাইহাক পোথাব ফাওব অসিবদু পুথবকতে । নুংথিলগি পুং অহুম অদুৱাইদ গাবি মখোল্ অমা তাবকই । ময়াম যৌ যৌ চেনসিননৈ । মচানুপা মবুং-মৌপ্পান সিন কাইনববসিদ ইমুংগি মিওই, মবি-মতাসিং অৱা মৈচাক মিকপ্ খোলজেলন লৈকাই ৱাংম লানখ্রে । মতৌসিংদু উবদ ময়াম নিংদোল পোমনখি । লোন্ন পিবাং সিনথনখি । অসোকপদু খাংঙেম্বমদ ফি অঙৌবন কুপ্তুন থমমি । ময়াম লাকলিবসিংদু ফি হাইদোকতুন যেংনৈ । নোংমৈন কাপ্পনি হাইবসি খংনখি । মবকসিদ অপোকপি মমান, কপ্ন তেংথা নাও-ওইন,

- ইচাগি মবাল কবিনো ?

- ইপাগি ইবুংঙো --- ।

তামো, ইনাও,দাদা ---- । খাংফম খংদন, কপ্চখি । মমাদি ফি থওইখিদ্রে । লৈমাইদ খোৎতুন কপ্তুন লৈখ্রে । অৱাব যৌদৌসি প্রকিতিসু যাওসিল্লকলে । উচেক-ৱাযাসু খোন্জেল কন্ন খোংলকলে। মিগি ৱাবব মবকসিদ ওনথোকপ মতৌনি, মাগি ইমুং-মনুং মবি-মতাসিংন, বামোন্ন তৌদৌনি, মৈতৈন তৌদৌনি হাইদুন উংখৎনবকলে । খোমবগি মনাও যাইমন বামোন্ন তৌবসনু হাইবদগি । সিনব যাব পুম্ব সিনব লোইখ্রে ।

- ইমাগি ইবুঙো, ইমাবু কবমন হিংহৌবসিগে --- ।

উদোলাই (কু) তোংদুন পোলোইফম পাংন পুথোবকলে, ধবমগি পাংথোকফম থোকপদু পাংথোকলে । থৱাই য়াওদ্রব হকচাংদু মৈন উৎ

ওন্ন চাকখ্রে। পুনসি হাইবসি মতমন লাকলবদি অহল-অঙাং নাইদে।

## তবাসুব

চিথি খব পাইদুন পোসমেনদু সুমাং তান্ন চংসিলকই। মি কোইন যেংঙি। ঐ উবদ নোকমিন হাইবকই,

- মিসতব তোম ?

- যেস।

চিথি অমা খুৎসিনবমমি। চিথি খাওদু ওনথোকতুন যেংবদ নোবেনগি মিং থাবমখি। কাদ চংদুন থুনমক হাংদুন যেংঙি।

- মবুপ তোমব,

নংগি মবমদ ঐ ব্রাখল্ কযাবক কুপ্ন খললে। মদুগি মহৈ অমসু ফংলে। মদুনি ইদুন থাখ্রিব, থোইবিচাগি মবমদ নেগেতিব ওইব ব্রাখল খন্নিংঙাই ওইদ্রে। থমোইবু মনিং থুংহনখিবদ পাপ্কি ব্রা লৈতে। ঙসি হযেংসিদ থোইবিচাবু মোমোন মিনোক তমহনলো, অতৈ মোৎ অমত লৈতে।

লোইসিল্লে মবুপ্।

অদোমগি মবুপ্
নোবেন সিংহ
আবমি কমপেনি মদ্রাজ।

চুমলিদব খললিঙৈদ, থোইবিচা চংলকই, মযা খিগৎলদুন, মাদি থোংনাওদগি যেংদুন লৈবিবজাৎনি। তানজা চাবে হাইদুন চংলকপ মাললি।

-কনাগি চিথিনো ?

চিথি থুপচিন্ থুপচিন্ন খুমমি।

- নোবেন্গিনি।

তাপ্ মুল্গ, য়েংনিংবগি মিৎযেংন,

- ঐসু অমুক্ত যেংগে।

- যেংব নুংঙাইবোইদ।

উইন্ কন্খ্রব নুপিমচানি, নমদুন যেংখ্রে। মতৌদু প্রিয়ান মনেমদ তাকল্লদুন

লোন্‌ন যেংলিবজাৎনি ।

-অস ! সিদে,

নোকনিংব ফাজিনব কন্‌ন হোৎনবনি, ঙমদ্রমাললে, মখোল্‌ থোকন নোকথোবকলে । ইকাইদুন তৌফম খংখিদ্রে মনাকত লৈবিব তোমববু চেজেৎকোনসিখি থোহবিচাদো, প্রিয়াগ মনেমগদি ঙকপন গ্যান মাংখ্রে। ইল্‌লকপগি সাফুদুন তোমবদু মতুং লোংন হাইথখ্রে । থোইবিচাসু মথক থংন অদুম যাওখ্রে । মতৌদুদ তোমবসু ভাপ্‌ তাখিদ্রে । ব্রা ঙাংথোকপ ঙমদন তবংদ লৈখ্রে । মিকুপ খবগি মতুংদ থোইবি হৌগৎতুন তোমববু ফল্‌লপ যেংলমলগ ফি সেমজিন ইকাইন ময়ুমদ হনখ্রে । তোমবসু অদুম লৈহৌবে । প্রিয়া অমদি মনেমসু চৎখ্রে । অদুগ নেতান ফমথবগ,

- মতৌসিবু কবিনোনে ইবেমমা ।

- খংদে ইমা ।

ইতৈ ইবুংঙোসে অথুব মতমদ য়ুম পানসিন্‌বন চুমগনি । মখা তাব ব্রাফম কযা মবিক চুমন সান্‌নখি তানখি । মসাগি মোৎ কযাসু পিনখি । তোমবসু মসাগি ওইব ফিবেপ অমদি লৌখ্রে, ব্রাখল তবেৎ-তবা খল্‌লব মতুংদ । যেনসংদ অমুক চৎলি । অব্রাৎ-অপা যেংসিললি। ঙসিদি মবুম যোনব অমদি অব্রাথাবি যোনবদ সেল ফন যাম্‌ন ফংলে । হোৎনবুবগি মহৈ চাবে । মহাক থোইবিচাগি ব্রাখলদ মিকপ খব ফাওব লৈতাফম খংহনদে । নুংথিল মতম ওইসিলকপ অসিদ থাং সোবি অমা পুদুন মমা মচাগি যেন সংদ লাকই । তোমব পোথা সং মচাদুদ পোথাবগুম্‌ ব্রাখল খনবগুম ফমদুন লৈ ।

- ইবুংঙো,

কনানো ঙকন যেংখৎলুই, অমুকসু মখা তাবকই,

- কৈদৌবগে নসা নুংঙাইত্রবো ?

- কৈসু তৌদেদ,

- অমুনব অমা হেকলু, ইমাইচা চামিননসি ।

হেকপ চৎখি । ঙসাইগি মতৌদু নিংসিংলগ নোকনিংব পোকই । মচাগি মতৌসিগ হেনন অহোইনহললে । ফজবব ঙাংন মুললব অমা হেকতুন পবগ মমাগি নাকত লাকই ।

- সে ইমা,

লফুলা খব হেকলুদুন থাবগ হৈদু নিংথিন খোকলি । অমুক ইসিংন নিংথিন চামখোকলে।অদুগ মমামচা চামিনবৈ। ব্রাবি ব্রাতাইসু যান্সিললি। যুম পান্সিনবন ফবগি মতাংসু যাওসিনখি । চাব লোইবগ মমা অমুক হনখি । ঙাইহাক্কি মতুংদ থোইবিচাসু অমুক চংসিল্লকই,

- ইবুগ লুজদ্রবো ? নসাদু ইমোৎ মোৎলে ।

তানজাসিদ পোৎযোনবি মৌ অহন-নহাসিংদু হৈ লৌব লাকই ।

- ইবুংঙো ঐখোই অমুক লাকএ,

- ফবেনে, নসা নসান অপামব খন্দুন হেকচবুবো ।

ললোন্বিসিং চৎনখ্রে । মৌ নহাদুদি তোমবগি লেংগবু ওইনি । মবক থৎন,

- সেলদি ফন যামন ফংলনি ।

- খব পুগেবো ।

- যাইনে, অদো সিংনদবি ।

- নংনবু যাবদি কাইদেদ ।

- পাখৎখিনো ইবুংঙো

সেন থোকলমিন হিংবদি লাইহল্লনি ।

মান হাইনিংলিব ব্রাদু তোমব খংব ঙমমি, যুম পানবগি মতাংনি হাইব,অদুবু পাওখুমদি পিদে খংদব সাদুন লৈথোকলে । মবকসিদ ললোনবিসিংদু হল্লকলে । মসিং খিনদুন সেল খব পিবমব-পিবমদবসু যওবি । মখোই হনখ্রে । হৈ তবা তবাদ হুমফুতবানি সেল ফন যামমি । মসিসু অদুম কাননৈ । থোইবিচাদ ওন্সিল্লকই,

- থোইবিচা ব্রা অমত হাইগেন,

- হাইযো

- নং ঐবু লান্ন খন্গনু । ব্রাফমসি ঐ কয়াবক খল্লবনি ।

- অদো হাইবোনে ।

মচিনদদি হাইবি, অদুবু কবিসু খংদ্রিব ব্রাফমদুগি মসাদ ইকাইবগুম মসা পুমব মৈসা ফাওবকখি ।

- ঐ নহাকপু নুংসি ।

থোইবি ব্রা ঙাংব ঙমখিদে, মিৎলুদ পিবাং চিনথবকই । উচুক যুংবগুম লেপতুন লৈখ্রে । মখা তাবকই,

- নহাক যানিংদব্র হাইয়ু থোইবিচা,

উপাল ব্রাপাল অমদি লৈবাংসিং মখোই অনিবু যেংদুন লৈখ্রে । পিন চোৎলব চিনবালদু কাখৎলদুন তপ্ন হাইবকই,

- নংসু অদুমন খল্লমলিবোই ।

মখা তাবঙমখিদ্রে । সোব ফুইন হোন্দুন লৈবে ।

- থোইবিচা,

সিনথবিবা মিৎলুগি পিবাংদু তোমবগি মখুৎমক্ন নুংসিন তৈথোকপি । পি, তিন্ন নপসিনখ্রব চিনদু কাখৎতুনা তপ্ন হাইবকই,

- কাতোম, ঐবু পুনসি চুপ্পগি ওইন থাদোকপিগনু ।

- থোইবিচা, থাদোকলোই পুনসি অসিন ।

মাবু নুংসিন কোনসিন্বি তোমবগি মথানুংদ থোইবিচা নুংঙাইন লৈতেংজবি। নুংঙাইবব পুংফমসি কনাসু উহৌদ্রে । অদুবু সনধ্যাগি নামিবব মালংবদি মপুংফান থৌগনজখি । থমোইদ লৈবমব ব্রাফম কযা ফোংদোকনখ্রবদ নুংঙাইব পোক্নখি । থোইবিচা যুমদ হনখ্রে । তোমবসু মহাকন চৎখিবদু চিংন যেংদুন লৈহৌই । পুবনিমা মযাগি থাবলসে যেংবদ পুকনিং হুন নিংখিজবে । চিংযালম্ তমযালমদ পাইবিব লৈচিল-পোংফাইসিন থাজবু লৈতেংলি । অহিং ওইবকলে । অচিকপন লাকসিলকলে । তুমনিংব পোকতে পুকনিংসে ইবাং লাংঙি । মিকুপসি কৈনোম খল্লকই । খললিবসিন ইখোংসে পুদুন চৎলি । নিংঙেল কাগি থোংনাও মযাদ লেপ্লুবি । মহাকসু তুমলম্দবি । থোংনাও খিল্লুবদ মাসু গ্যান লৈ, তপন হাংদোকবকই, ঐবু উবদ হবাওখিব মাল্লি ।

- থোবকপ যাগদ্র ?

যানি হাইবগি ইংগিৎ পিবকই । থমোইদ নুংঙাইব পোকই । সুমাং মচিদ তুমিন থোবকপ ঙাই । ঙাইহাককি মতুংদ নাসোন পিকন থোবকই । ফি মচা অমা ইনদুন সমলাং ইফা-ফা মখুৎন নানথবদুন তপ্ন ইনাকত চংলকই । ইমুংগি মিওইসিংন তাবোইদব ইংখোলগি মচি অমদ লাকমিনদুন মখোই অনিমক ফমমিনৈ সেলদন্ থাদুন,

- থাবলসিদ তুম্মু যাদ্রে । নংবু উনিংলকতুন --- ।

উপাল মবুমদ থাবল ফাওজিল্লকতুন মাগি ঐগি মাইদ তাববি । অসুমন তোমবন পুকনিং চংবিবকপ অসিদ থোইবিচা খমথেংন নুংঙাইজখি,

- ঙসিদি ঐ য়ামন পেন্জরে ।

লিবি সিংলিব মালংবন হৃয়লিব সমলাংদুবু থোইবিচা মখুৎন যেমজিনজে।

- ঙসিদি মিকুপ খুদিং নংবু য়েংমিংদুনত লৈবে ।

- অসেংব ?

- ঙসিসু থাজদ্রিববো ?

নোকমিবদুন তুমিন লৈখি। চংথোললবি ঙম্ন মপুংফাববি মাগি মাইথোংদো নুংসিন পাইনিংলুবি। তপ্ন নাললিংলুবি। ইকাইবসু ফাওবকখি। অদুবু অপাম নুংসিন থুমহংলকখি। মাগি মফমদ ইখুৎসে তিংথোকলুই। অদুবু মহাক ঐবু থৌগৎপিম্মি। থোইবিন,

- ঐসে, নংগি নফমদদি কবিসু অথিংব থমলোই ।

মদো নুংসিবগি খুদিংমকনি --- ।

- ঐসে কয়াদ লাইবক ফবিব ।

ঙসিদি নংসে ঐগি পুমনমক ওইববনি ।

মিকুপসিদ তাইবংগি অৱা-নুংঙাইব ঙমনমক কাওখ্রে ।

- ঐগি পুনসিদ নংগিদমক ঙমদব অমতসু লৈবোই ।

মতমন কনাবু ঙাইবিদে য়েন খোংলকলে। মদুনসু মখোই অনিদ কবিসু নাচুংব পিখিদে। মতমসিদ, তোমবগি থমোইদ, নুংসিববি তবাববি চিন্বালবু কললকচখি। অদুবু ইকাইব, অঙাং ওইবন, নুংসিবদ পুমনমক থাদোকখ্রবি থোইবিচাদি কবিসু খন্খিদে, তোমবগি মতৌ খংলদুন নৌববি খুৎসাদুন তোমবগি খজাইদ তপ্ন পাইবদুন থোইদান থংনব মিকুপতুদ তোমবগি অপামবদু থুংহনখি। মবকসিদ তোমবদু কবি খল্লিনি। মিকুপ খবগি মতুংদ থোইবিচা চংহনখ্রে। তোমবসু মাগি কাদ লাকলে অসুমন অহিংসিমদি ময়াই কাখি। ময়াইসিন অহিংসে লোইসিলখি। ঙসিদি থোইবিচাগি মমা-মপা অনিমক মচানুপিবু চিংনব পোকলে। মচা লৈতব তান্জা লৌদুন মতাংসিদ মখোই অনি বা তান্নৈ ।

- ইচানুপিসি, তোমবগ চিংনব পোকই ।

- ঐসু খল্লমলিবনি ।

- চেক্সিনন য়েংব চংঙি ।

মচানুপি চংলকই, মমান হাইরকই,

- নংবু গ্যান লৈয়ুনে, কোইবদু তোক্লোনে ।

মাগি কাবোমদ চংখ্রে । মমা-মপাসু ব্রা তান্নবদু তোকথোকলে ।

## তবামাথোইসুব

মৈগি অব্রাৎপসি মেনখৎপ ঙুমখিবোই । সবকাবগি পোলিসি অমা সেমব দবকাব লৈবি । ইলেকত্রিক লাকতদুন থাওমৈ থানগৎলি । নোংমংবদুদ মমদুন তৌবনি তোমব কলম থাংগৎলি ইব হৌব্রি,

মবুপ নোবেন্,

নুংঙাইবে, নংগি চিথি মতম চান ফংঙি । নংগি ব্রাফমদু পাংথোকলে । মানসু যাবে । ঙসিদি মা-ঐগি ওইব ইচেল অমদ তাওথবকলে । ঙসি ফাওবদি অযেৎপ লৈত্রি, মমৈদদি খংদে । অমুকন মবিসি মখোই ইমা পাবুংন পামগদবদি মানদে । অদুবু থেংনবদ লেপলে। অদুবু ইসোবগি নোংদমনি ।

ফবে লোইসিললে

অদোমগি,
তোমব সিংহ
মনিপুব

থোইবি তোমবখোইদ লাকই সুমাং মচিদ অপোকপি মমান খামদুন,

- নংবু কদাইদনো ?
- ইমা, নংসিদি
  কা মনুংদ অসুম লৈসিনবদি নুংঙাইতে হাইব ।
- মদুদ, ইমাগি বাসিসু হাপচিল্লু ।
- মি ইনদোমচাখোইদ চৎপনিব ।

থৌব্রা ইসা-সাসদন চৎখি । যুমথংনবদ চৎপসিদি থিংলুব যাব নৎতে । অদুবু চিংনবিবন মসিনি । অমুকন ইচম-চমলবসু যাবি । তোমব ইমুংদ ঙসাই ইখিব চিথিদু থুপচিনদুন লৈবমমি । মুন্ন যেংঙি ।

- কবিগিনো 'দুবো ?
- চিথিনি ।
- যেংগে ।

যেংহননিংদবনি, তানজান ফজদব ওইবকপ যাই হাইদুন উপাই লৈতে

অদুম যেংহললে। মকোকতগি লোইবাওব পাই। অদুদৈ খিগৎলকই। ঐসু কবি উৎলুনি নোকপ নৎতন।

- কবিগুমব অমন ঐবু অৱাব তাহল্লমলব -- ।

তপ্ন অবথ লৈন নোকই। ঐবু চিংন যেংলকই। ৱাখল খনবগি মতৌনি।

- লেমন নোকইন।

কবিসু খুমখিদে। মাবু অঙাং মচাগুমর্ন খল্লকতে। বেভাব তৌব পামলকই। অমুক হাইবকই,

- লানচংলবদি, লানঙম ফিবালত উগদবনি।

- চুম্মি।

মখা তাবমদন মহাক হনখ্রে। ঐসু কবিসু হাইখিদ্রে। মহাক মখোইগি সুমাং মচি অদুৱাইদ মপান কৌব তাখি,

- বাবা,

- নং গ্যান তাওনে। লাইৱিকত পুকনিং চংঙুনে।
ইচান অচৌব মি ওইখিবদু পামমি। নহাক ইমুং অসিগি নুমিৎ-থা অনিমক ওইবিবনি। অদুগ নংগি ঙসি ওইবিব নতৌসিদি ইপা পেনদে।

- বাবা,

ৱাখল খনবগি মওংনি। মকোক লৈমাইদ নোন্খি। অদুগ মাগি কাদ তপ্ন লাকই। মপা অসুম ঙাংহৌৱি,

-মমা-মপা ওইব ওনথোকন ৱাখ্রে।
ইসোবন কবি তমলিব, অচংব মি অমদি ওইহন্নিংঙি।
মখোইগি খনবদ মিকুপ্ অমত পোথাব ফংদে।

থোইবিচা ইমুংদ চংখ্রে। চৌক্রিদ ফমথদুন উংদুন লৈখ্রে। মপাগি অবথ চেল্লব ৱাফমসিং অসিন মাবু পুদুন চৎলি মাইকৈ অমদ। ৱাখল নুংসুক নুংজান্নব নুমিৎসে মুন হৌবকপ নোংহৌন হেন্ন অমুক মযাই হাপপিবি। নুমিদাংৱাই ওইসিল্লকলে। মহৌসাগি ইংতপ্প মেংবসু ঙমন মখোই লোইন পুন্খ্রে। নোংন ফুদিৎ ফুন চুবকলে নুমিদাংগি চাক-ইসিং চানদুন হিপনখিব যাওবে। থোইবিদি ফমুংদ কাখৎতুনসু তুমথব যাদ্রে। নুপিগি ইকাইব তুংওইনখ্রে। নোংচোৎপ কিদন মপান থোবকলে। তন্দন

তোমবগি থোংনাও মপাদ লেপলবে । লাইবক ফবনি থোংনাও লোনলম্‌দ্রে। ব্রাচেৎ অসাংব অমা থিনজিনদুন তোমববু হৌদোকই । তোমব মিৎ পাংথোকবকই , চৈ উবদ মতুং ইন্‌নবকই, থোইবি উবদ ঙকখি । মাগি ইংগিৎ খংলবদ থোং হাংদোকতুন মাবু কৌসিললি তোমবগি কাসি যুমজাওগ পুনদে মখা থংবদ তোঙান্‌ন সাবনি । থোইবিচান হাইবদগি মখোই অনি মপান থোবকলে । মমাং সংগোই য়েনখা দাবিদ ফমনিবে। হন্‌দকতি তোমবগি মখুৎ যেৎতু চিংসিনদুন থোইবিচাগি থবকত থমখি । অদুগ লৈতাফম খংদ্রদুন চোংলিব মিহুন খোংচৎতু খংহললি । তোমবন,

- কবিগি অদুক তথকলি ?

থোইবি পাওখুম পিবকতে । মিকুপসি তোমবসু নুপানিন ব্রাখল অমা ফাওবকখি । অদুবু থৌনা লৈবব খুৎসাসিং অদু মনিংতমখিদে । মসি নুংসিবগি সকলোন অমসুনি মখা তাবদ থোইবিন কবি পামলিব হাইবসু খংদে । নোংসু লেপখিব লৈতে । কবি খল্‌লুববগে খংদে থোইবিদো তোমবগি খুৎসাসিং অদো মখুৎমকন মথানুংদ চেৎন থমজখি । থোইবিচা সোব সাংন হোনদোকলদুন তৌফম খংদন লৈখি । তোমবদি সোব হোনগনি কাওখিব মাললি । থৌনা ফবব তোমবগি খুৎতো পাংগল সোন্‌থখি । চাগদৌবগুম যেংলিব থোইবিগি মিযেংদ তোমব মবাই নোনখি । নোং খব অমুক হাংদোবকখি । তানজাসিদ তোমবগি খুৎ চিংথোকখি । মিকুপসিদ থোইবিচা গ্যান লাকলবগুম তবং অমদগি হন্‌থবকই ।

- থোইবিচা,
- কবি হাইগে,
- নং ব্রাখল অমা তৌবুবমনে ।
- উং, নংগি নুসিবদ মংলাক্‌নবুবে ।

নোংসি মসিং-মসোন নাইবগুম অমুক কন্‌ন চুথবকলে । তোমব ইংসিল্‌লকই মতৌদুদ থোইবিচান,

- চংসিল্‌লকও, ফিসি পুন্‌ন ইনমিন্‌নসি ।

তোমব হৈনিংদব উৎলি । অদুবু ইংবগ উপাই লৈতদুন অদুমক পুন্‌ন ইন্‌মিন্‌নবে । নুপিমচা অমগ অসুমন তৌবসিদ মহাক গ্যান তাসিল্‌লক্‌তে।

## *তরানিথোইসুব*

লমদমসি বসন্ত বিতু থুংলবে। যেংখি যেংখিবদ মিৎফম হোংব যাদবে। মহৌসা লাইবেমবিসে মসা ইনখৎলকলবি লৈসাবিগুমলে। হৌজিকতি বিতুগি নুংঙাইব কুমহৈ কযাম থুংলবনি। মসি পাখং লৈসাবিসিংদদি হাইফম খংদন নুংঙাইবিবনি। সনধ্যা মতুংগি থাজান হাইগৎলকপ মতমসিদ থোইবিচা কাদ চংলকই, মতমসিদ মি খব অয়ামব চাক-ইসিং থোংনখিবননি।

- কাতোম ব্রা অমত হাইগে।

লুন খল্লুনুদ --- ।

- যাইনে।

- হযেংদি যাওসংনিদন, অদুন অবেব তৈবিগে।

- মতাং চাদে, অঙাং নৎত্রব কানসিদ

- নবুকচেলদ সেংঙো,

নমদুন থোইবিচান তোমবগি মাইদ অবেব তৈখি। মিকুপ অসিদ তোমবসু থৌনা লাকই। থোইবিচাদসু তৈগে হোৎনবকই,

- ঐবুদি ননিং তৌজৌ কবিসু হাইবিবোই।

পুকনিং পেন্ন অবেব তৈজখি। মবমকসিদ থোইবিচান,

- যাববো ?

- কৈনোমতংদি হাইনিংঙি।

যানিংব উৎখি, যানিংলবদ থোইবিচাবু তোমবন চিংসিনদুন নুংসিন কোন্সিনজখি। থোইবিচাসু নুংসিব মাগি মফমদ মাই কৌবত হাইখিদে। ঙাইহাককি মতুংদ,

- যাববো ?

তোমব ইকাইব পোকখি তপন।

- ব্রাবৌবব্রা ?

- কবিগি ব্রাবৌবুগদগে, ঐসে নংগিনে।

থোইবিচা চৎখ্রে। তোমবন খামলগ তপ্ন হাইখি,

- হোবেন নুমিদাং --- ।

মাইথোংদ মোমোল মিনোক অমা উৎলমলগ ময়ুমদ-তন্দন চৎখ্রে । নুংসিনজব হাইবসি অমন অমগি মনাকত মতম খুদিং লৈনিংব, ওইনদুন চানন মতম লেন্‌জনিংব ঙাকতনি । ব্লপন নিংথিন ঙাললিব কাদুদ থোইবিচা মমাইদ অমদি ফিবোলদ পকলিব তৈবিব অবেবদু নিংথিন তৈথোক-নানথোক্‌ই । মতৌদুন ফকলাংদ কাং ফাবিব চুমদু মথৌ নাথৈহনখি । কনানদি, মথোৎ কাবক্‌লবি অমগি ফজববু কল্‌লকলোইদগে। অনৌব ফিহোংদোকলব মতুংদ, মমাগি নাকত লাকই মচানুপি উবদ মমান,

- নংবু লাংদুন লৈথোকনুনে ।

সাব যাব ব্রাবি অযামব সান্নবে । চাকসু লোইসিল্লকলে । চাথোকনব মমামচা পুন্ন হোৎনমিনবে । চাব-থকপ লোইবদুন মাগি মাগি তুমফম কাদ চংনখ্রে । মতাংসিদ মমাদ মপান,

- মমা, ঙসি নুমিদাংসি নমা-নচা তুমমিন্‌বো

- ব্রা অসিবু

- চিংনব অমা লৈবে । যাম্ লুবিব থবকনি ।

ফাব ঙমদ্রবসু মচানুপিগি সাজৎসি খবগি মখৈদি খংলবনি । অদুবু মতাং চাব ঙাইববনি । মমা মচানুপিগি কাদ চংখ্রে । ইবোবি সোব সাংন হোনদোকতুন গ্যান তৌহৌবি । মমান চংলকপ অসিদ থোইবিচা ঙকই,

- ঙসিদি ইমা-ইচা তুমলসি ।

থোইবি গ্যান তাই অহনসিংন তৌবকলিব মতৌসিদ তন্‌জানব উৎলি।

- কৈদৌবগে ইমা,

- ইমাইচা তুমববু মবম লৈব্রনে ?

উপাই লৈতে । মমামচা ফমুংদুমকতদ পুন্ন তুমমিন্নবে । হাইনখিব ব্রাদুগ ওইবকলিব ফিবমসিগ থোইবিদদি অব্রাব অমা মাইযোকনহললে ঙাইহাক তুমথব সাদুন তুমিন্ন হিপথখি । ব্রাখল তৌব্রি, যাগদব লৈত্রবসিদ পাও পিখিবন চুমগনি খনদুন মমাদ,

- ইমা---।

- কৈদৌবে ?

- মপাল থোকলুসি ।

মমামচা মপান থোবকতুন ব্রা অমা অনি চুমন ঙাংনদুন ইংগিৎ পিখ্রে ।

মদু মমাদি খংদে। তোমবসু ওইবকলিব ফিবমসি মুন্ন খংখ্রে। মমামচাসু ইমুংদ চংখ্রে। নুংসিবদ ঙাওববি অনিমক তৌফম খংদন ব্রান অহিংসি লেনখি।

যাহৌ ঙন্নহৌদুন তোমব মসা সেংদোকপ লাকনবি। পুখ্রি পুনবনিন থোইবিসু অয়ুককি কোল-লিক ফেংব লাকই। মতৌদু মমাসু লুমদুন কবি ঙাংনবগে হাইবদু তাবি।

- যাহৌ ঙললিদ,
- হকচাং ফৈ হাইনৈ
- চাবা ব্রান্নিংদ্রো ঐথোইদি ঙা থোংঙি।

ব্রাকমসি লোইসিল্লগ ঙবাংগি মতাংদ ব্রা অমা তোমবন হংলকই,

- উঁচি মখে লাংদ্রো ?
- হৌদোং অচৌব অমন সংদুন ইকাই কাইদে।

পাও ফাওদোকনববদ, মখোই অনি নুংঙাইব পোকই। সোমদ মমাসু চিংনব যাব ব্রা অমত যাওদ্রমিন হনখ্রে। তোবসু কাখ্রে। খোমবখোইদ মি লাংব তাই। মদু মচা লৈখিদবদ সবকাবন থওইবিদে হাইদুন লুপ অমা সেমনবনি। অদুন তোমবসু চৎলি। বন্দ তৌনব তানবগি মতাং ওইবমমি। নুপা অমন্

- লৈবাকসি মপু পান্দ্রবগুমবনি। অসুমন সিখিব মিগি মসিং কযা সুখ্রবনো।
- ফবে, সেল খব লৌহৌনব তৌসি।
- বন্দ তৌবন চুমলে, নৎত্রিফাওব মখোই মনান তাবোই।

তোমব মযুমদ হল্লকলে। থোইবিচাখোই থোঙগানদ চংলকই, সুমাং মচিদ থোইবিচান হাইবকই,

- কাতোমব ঙসি ঐথোইগি থাবল্ চোংদৌবি, খব সেমব যাওবিগেব ?
- তল্লিদ,
- কবিগিনো ?
- মতাং চাদে। (চহি যামসিল্লকপ,)

তোমব চৎখ্রে। থোইবিচা নোকতুন যেংহৌবি। লমহাংদ মাইপ্ খোংলকলে। মি কৌথোবকলে। লাংবন থবক তৌবদ পুকনিং চংঙু

যাদ্রে। পুকনিংসে ওলাংলে। মসি ওইবজাৎনি সাওন্ পুলুসন্ হাইবদু। অদুবু পাখং-লৈসাবিসিংদি নুঙাইব মংলান্দ তাওবি, হোবেনদি কযাম থেংনবনি, উনবনি, খংনবনি। মসিমসু যাওদব যাদ্রি নৎত্রগদি পাৎতনব খুংবু সেমবদ অৱাব ওইগদৌবি। তোমব মাগি য়েনসংদ চৎখ্রে। নোংমগি মথৌ নিংথিন পাংথোকলি। চাক লামমি হাইদুন অৱাথবি খব পিকপ অমা হেকতুন হাওন চাথোকলে। চাক লামবদু খব ফখ্রে। তান্জাসিদ তাইবোবি লাকই,

- নংন মখাবোমদ চৎলিদি কমদৌবে ?

- বন্দ তৌবনেযে।

- মতমসি সবকাবসে মওং অমদি তৌবে।

ৱাবিসিদগি মখা সমথবকপন প্রজান থেংনবিব অৱাব মযামসি লোইন পুথোকতুন খন্নবে। তৌবদি মখোই মসেনদি নুংনি, ঐখোইন যেবুম, অসুমন অসুম হিংবদি চুমদ্রে, নিংথৌ অনিগি মচা-মনাই ওইবসি ৱামনখ্রে। ঐখোই গ্যান তাব ফাবে। অমদি লোইসিন্খিব চুমলে।

## তবাহুমদোইসুব

কালেনগি লাই হবাওবকপ ঙসিগ থান মঙানি চনখ্রে। সাবিব নুংসাগি মৈসা হনথবকপ যাচংবসি লাইগি থৌবম যেংব থৌগল লাকপ মিযামন অমুকসু ওমচাক্নহললি। লাইগি থৌবম হৌবে। লাইবৌ সাব অসিদিকযাগি মতিক যেংবদ পুকনিং হুবিব। মৌনহাসিংন লাইবৌসাবগি থৌবমসে মযাই কাহললি। খুনসিগি মসক ফজব মযামবু ৱাবিনৈ। কুমসি চহিগি ওইন লৈসাবিগি ওইন থোইবিচান ইহেন্ হেনলে। পাখং মচাসিং ঙাওনখি। অহন লমনসিংন মচা মমৌ ওইজনিংখি। মযামসিগি মবকত থোইবিচাগি ফজবসে তোমবগি থমোইদ চিংনজৈ। সন্ধ্যা ওইবকতুন মম্সিল্লকপ অসিদ থোইবিচাসু মমাগ হনখ্রে। ঐখোইসু থোবকলে। চা গ্লাস অমমম্তং থকখিসি হাইদুন হোতেলদ চংসিললি।

- ইনে, চা অনিত পিবিযু,

- হোই, হোই,

ঐখোই অনি ফন্সাংদুদ ফমথৈ। চা পিবকতুন থকই, বোবাসু খব

লৌরি। অচং অওং যেং-যেংদুন চা থকই। ইমান্নবদুন,

- পাখং লৈসাবি মচাসিং অসিন হেন্ন যেংব নুংঙাই।

- মানি ভাই। মতমসি তপ্ন-তপ্ন হোংলকলি,

যেংবদবুদি অদুম নুংঙাইব।

সেল পিবমলগ ঐখোই অনিসু হনমিনবকলে। লাকপ-হনখিব মিন লমবিসি চিকন-চাইনব ঙমদে। মবকসিদ গাবিমচাসু মবোল অমনি। মযাম লাংনৈ, হাইদুন চেনসিল্লুবদ গাবিন অহল অমা সোকলমমি। মযাম লাংলিবদুগি মবকত,

- কমাই তৌবনো নিংথি নিংথি তৌসি।

গাবিগি অঙাংদুন সাওনিংন,

- অহনসিন সাইত লান্ন চংসিল্লকতুন তৌবিবনে।

থবকসিন অথুবগ ওইবে।

- অদু কমদৌগে হাইবনো ?

নান্থোকখিনব তৌবিব মখৌ অদুদ ইমান্নবদুন সাওন,

- সোকলিবসি অহননি, যেংনব তৌদন,

তিললিব মাযমসু সাওন মখোইবু ঙাংব-সক্প হৌবকই। মতৌদু নহা অমদুদি যাম সাওখি। অসোকপদু পুদুন চংখ্রে। ঐখোই অনি অমুক লাকই, ইমাননবদুন,

- নহাবোল মাল্লি।

- মদু ওইববসু মখোইগি লমচংতুদি চুমদে।

রাবি সান লাকপন থোংগাল যৌবকতুন ঐখোই অনি কাইনবে। কাদ চংদুন ঙাইহাক পোথাবিঙৈদ চাকপাও লাকতুন চাকসংদ চংলে। চাব তোকলগ ঐগি কাদ লাকতুন ফমুংদ হিপথৈ, ঙসাই থোইবিচান জগোই সাখিবগি সকফমদুন ঐবু লক্নদুন লৈবে। লৈতাফম খংহন্দন অঙাওব হাইবদু ওইহললে। অসুমন তোমবদু তুমথখ্রে। ঙসিদি সোম্দ মমান থোইবিচাবু সেন্নদ্রে। নুংতিগি সেন্নব হাইবসি ওইথোকতবনি। তান্জাসি লৌদুন মি মান্নব সেমদুন ফৈজুপ্ন মমাই খুমজিনবগি মওংদ থনমলগ, তোমবগি কাদ লাকই লোনসিনব কাওবমলব তোমবগি থোংদু হাংদুন চংলকই। তপ্ন হৌদোকই, তোমব তপ্ন মমিৎ পাংথোকববকই,

- নংন তৌবিব অসি চুমদে ।

- মদু লাইবি হৌগৎলো ।

মখোই অনি তুমিন মপান থোবকলে । সংগোই মবুমদ ফমদুন ৱাবি তৌবি ।

- নংসে ঙসাইদি ফজবগি ৱাবিনখ্রে ।

- অসেংব ?

- ফজবগি মিযামন কল্লকনবে,

- কবিগি অদুক পাখৎলিবনো ?

থোকঅব অমা লাকঅনিদ, মিন সিনব যাবসু নৎতে ।

- ঐঙোনদ থোকঅবদি ফব ।

সোমদন কমদৌবি, মমা-মপান থোইবিচাবু থিবি । তুমিন্ন যেংলকপন তোমবগি কা থোং লোল্লমদবদু থেংনবুবে । মসিন লমবি অমদি খংহনলে । কাইনথংদ সংগোই মবুমদ লৈবে খংলদুন । মপুবোইব ইমুংদ চংহনখ্রে । অদুগ থোইবিচাগি মনাকত চংলকই,

- থোইবি, কবিনো তৌবিবসে ?

মখোই অনিমক কিব, ঙকপ মসিন ঙাওহনখ্রে । মতৌসিদ মমান তপ্ন,

- পাখৎখিনু, তোমব নং তুমিন্ন চংখ্রো ।

ইবেমমা, নংন চৎলসি লাকও ।

তোমব অঙাংমচাগুম চংখ্রে । মচানুপিবুসু পুদুন ম্যাগি কাদ পুসিন্খ্রে । তুমনব সেমবিবমলগ মমাসু তুমব মাগি কাদ চংখ্রে । চৈ-থাংব কবিসু তৌবমদব মতৌসিদ থোইবিচা ঙকতুন লৈহৌৱি । পাওসিংদু মপুবে.ইবদ তমলৈ মসিদ ইবোবি---

- মমা, নং যাম্ন সিংব মমা অমা ওইহননিংঙি ।

অহিংসে অসুম্ন অদুম্ক লোইসিন্খি ।

নোংঙাল্লকলে । অযুককি থবক ঙমন পাংথোকখ্রে । মমান মাগি নুপাবু লৈকাই চৎথোকহনখি মতাংসি লৌদুন মচানুপিগি কাদ চংলকতুন, থোইবিদি হৌগৎত্রি, মনাকত ফম্থৈ,

- নং গ্যান তাও । ৱা যামন ঙাংহনগনু ।

নপাবুংন কবি পাম্লি হাইবসি খংব চুম্মি ।

- ইমা, নুংসিবদবু মদু যাব্রনে ?

- ব্রাবক-নংলকলব মতমদ নুংসিবন যাবকলোই,

- লাইবকপু মিন সেমব যাগদ্রনে ? ইমা,

- মদু অবেমব ঙাকতনি, নপাবু সাওহনগনু।

থোইবিচা ব্রা ঙাংখিদ্রে,

- হৌখিবন হৌখ্রসু, ঙসিদগি পুমনমক তোক্কদবনি।

মথি ইফোং-ফোংদব লানজাওসিন, থোইবিচা মপাবুদি কিদব ঙমদে। মতাংসি মহাক খমথেংন অব্রাব ওইবে। নুংসিব অমদি মমা-মপাগি অপামব মসিদ মহাক কদোমদ লেপ্কদৌবি। থোইবি মসা সেংদোকপ লোইবদুন চাঙাং গ্লাস অমা থকন ব্রাখল তৌব্রি। মমা চংলকতুন,

- ইমাগি ব্রাদু যাবব নৎত্র ?

পাওখুম পিবকতে। অহোইনদুম ফমুংদ হিপ্থখ্রে। মমাগি ব্রাহংসি মখোইন সিনব নুপামচাদুদ যাবব্রা সিনি। অমুক মমা থোবকলে। তান্জাসিদ মপুবোইব চংলকই, মখোই অনি হংনৈ,

- যাব লৈতে, মচিন্ ফোৎচিনখ্রে।

- মদু যাবোই, নং মমানি থৌদাং পুথোকউ।

মান খললিব তোমবসি, মি অমা ওইদ্রি

মখোই অনি ইমুংদ চংমিননখ্রে।

মিৎন সক উনব নৎতন মখোই অনি ব্রাফম অমা ফাওব ঙাংনব ফংদ্রে। ওইবকলিব ইমুং অনিগি মতৌসিদ মখোই অনিগি খুদোংচাব অমত ফংখিদ্রে। মনিং তমজবমব প্রেমি-প্রেমিকা অনিবু চাওবব চিংজাও অমন থিঙখিবদ কবি ওইবিনি, অমুক হাইবুদ্রগসু খংনবব ঙাকতনি। ঙসিদি মমা যাম সাওবে হান্নগ ইমান্ মান্নদ্রে। মমান,

-ফবে, মমা-মপান হাইব ইনদ্রেদন,

মদুগি মহৈ নংন ফংজবুবো,

অদুবু ইমুং অসিগদি মপোক অসিগি লোইববনি।

থোইবি হেনন সোনথবক্পগুম তৌবে। থৌনা পুমব মাংখিবগুম।

## তরামরিসুব

নুমিদাং তুমলমদাইনি । ইবোবি মচানুপিগি কাদ চংলকই । অদুগ তেবল মথকত থাংসোবি অমসু থমমি । মতৌদু থোইবিচা পাখৎপন খম-থেংখি । নুংসিব খেলজেলন,

- ইপাগি ইবেমমা, নং গ্যান লৈযুনে,

ইপাখোইন হোৎনবিব মযামসে নংতগিনি ।

থোইবি লৈতফম খংদে, অমুকসু মখা তাবকই মপান,

- নং বাবাবু পুকনিং নুংসিহনগনু ।

খোলজেল থোক্‌ন কপ্‌লদুন থোইবিচাসে ।

- বাবা --- ।

ইবোবি মচাগি পুকনিং নৌথবে হাইবগি খুদোংচাব লৌসিল্‌লকই,

- ইচাগিমকনি ঙসি হিংলিবসে ।

পুন্‌ন মপামচা কপ্‌মিন্‌নখি । মচাবু নুংসিব প্রেমন মপা অমন কপ্‌প হাইবসি অচমব নৎতে ।

- যেংঙু ইবেমমা,নপাবু চোপ্‌হন্‌লব থাংসি খংলেদন,

থোংসিন থিনজদুন সিগদবনি ।

থোইবিচা মসা পুমব তু খ্যাও চুংখি । থংনব মিকুপত ৱাখল্ হন্‌দোবকপগুম তৌখি ।

বাবা --- ।

মচাবু নুংসিন মকোকত নান্‌থবিখি । মখা সম্‌থবকই,

- কযাদ পেনখ্রব, ইচা পোকপ তান্‌নবমলিব ।

মপা ইমুংদগি থোকখ্রে । থোইবিচা মাইকৈ অনিগি চৈনা ফংহৌখি, মসি হৌনব লিচিং অমা ওইবমনে । নাইতোম তাবগ নুংসিগি মৈচাক্ হেগৎলকই। সোব সাংন অমুকতং হোনদোকই । তৌফম খংদন লৈমাইদ খোংবিন নৈজখি । অমুক হিকন-হিকন কপ্‌লকলে।

সোমদন মমাগ-মপাগ ৱাবি তৌবি, মচাগি মতৌসিদ নুংঙাইবদ ইথক হৌজখি । মবকথৎন,

- নুপা মচা অমা অথুবদ থিব তাবে ।

- হন্‌দকতি মপান ফনব সিনবিবো ।

মপাললোমদ নুপিগি খোলজেল অমা তাবকই, অদুমক ইমুংদ চংলক্‌ই।

মিতোপ্ ওইবমদ্রে মচননুপি বিনা ওইবমলে । ব্রা অমা হাইখি ।

- নং  লাকপ যাম ফবে ।

- ইনমমা কবি লৈববগে ?

যাম তপ্ন লেমন, ইবোবিন মচন্নুপিদ,

- যেংঙোই, ইবেমমাসি ময়ুম পানসিনবিবসি ।

মনম্‌মন,

- নুপামচা অফব অমদি থিব তাবিযে ।

হবাওন মনমমদ ওনসিন্দুনা ব্রা অমা হাইবকই,

- যাইনে ।

ঙাইখোনে ইনমমা নুপামচা অফব অমা লৈবে ।

হাইস্কুলগি ওজা মচা অমসু ওইজরি ।

অদুবু মপাদি লৈখিদ্রে ।

মবুং হৌগৎখ্রে । মখোই অনি কুপ্ন তাননহৌবো হাইন সিন্নবমলগ । মতাংসিদ অসুম ফমজিল্লুবদ ফজদব মতাং লাকপ যাই খন্দুন । ব্রাতাসিদ মনমমান,

- নংন ফৈ, সুম তৌসি হাইবদু ঐসু য়াই ।

- সিন ব্রা অমা ওহখ্রগ মাবু অঙাং ওইমন্দ্রনে ।

- না অনিদি সুব যাদব ব্রানি,

থোইবিগ-তোমবগি ব্রাবি পুমব চিংথদন লিখি । মযামসি তাবব মতুংদ বিনাদি তোমববু ফৈ যানিংঙি হাইব উৎলি । মতাংসিদ মবুংন যাদবনি মতাংদু তমখি । মবুংগ-মনমমাগন যনিংদ্রমিন তোমবগি ব্রাদু থুপ্চিনখ্রে। অনৌব অঙাংদুগি ব্রফমদ পুক্নিং চংখি ।

## *তবামঙাসুব*

ঙসি নুমিদাংসি নোং খব মংঙি । তোমব চাক চাথোকলব মতুংদ মাগি কাদ চৌক্রিদ ফমদুন পোথাবি । যাম ফিংন তানজাসিদ ইবোবি তোমবগি মফমদ চংজবখি । ঙকখিবন ব্রা অমত হাইজহৌব নংদ্রিঙৈদ ইবোবিন,

- ইযামবগি থব্রাই অমুকত কল্লু ।

অসুমন মথককি অহন্ অমন মখোংদ তুবব অদুদ তোমব তৌফম খংদন,

- তাদ কবিনো ? কৈদৌনববগে ?

অচৌব পোৎলুম  অমা থোংগৎলকপ অমগুম, তোমবনদি সোইদন ঙমগনি হাইবগি মওংদ কন্‌ন হাইজবকই, মতৌসিদ তোমবন

- ঐনবু ঙমব মতাং ওইববদি কবিগি অদুক ব্রাবিবনো,
  মযেক সেংন অমুকত তমবিয়ু তাদ ।
- নং নযামবগি অব্রাবসি কোকপিযুকো ।
  অদুযু নযামবদ থাজব অমদি থমমু ।

মতাংসি যৌবকলবদ ঙকপ অমদি তৌফম খংদব অমন তোমবগি কোকত পোৎলুম অমা নন্‌থবকই । মাই হাইবদ ফজদব মতাং ওইসিল্লকলে ।

- থাজবিযু সৈত্যান সাখি ।

ব্রাহৈসি তাবদ হবাওজবদুন থমোইদ চাওথোকচখি । অকিবদু নেমথখি ।

- নং নযামববু লান্‌নদি খন্‌গনুকো,
- মসিনি তাদ হিংমিন্‌নব হাইবিসে,
  অমগি অমন মতেং পাংনদুন হিংমিন্‌নগদবনি ।
- নংন থোইবিসে নচামকনি খনবিযুনে ।

তোমব ইকাইবগ নুংসিব কাইনবগি মৈচাকন মসা হুমাং অনপপি কাবকই । মমাই পুমব ঙাংসিনখি । থংনব মিকুপ্‌ত পিবাং সিন্‌থবকখি ।

- নং ইযামববু ব্রাবৌববো ?
- তাদ ননাও অঙমব মতেং পাংগনি ।

ইবোবি অসুম লৈথবদ তানজা খংদব তাবগনি খংদুন বিদাই পিবমলগ মযুমদ হন্‌খ্রে । তোমব অঙাওব অমগি মতৌগুমখ্রে । কপহে কপসু ঙমদ্রে । ইকাইব অমসু কন্‌ন ফাওবকলি । লোইনন থব্রাইমক্কা মান্‌নবিবি থোইবিবু মান খাইনখিব সিব ফাওব কিবকত্তবগি মওং অমা লাকই, অদুবু ইবোবিগি থোইবিচাবু নচামকনি খনবিযু, ব্রাহৈসিন মাগি নাকোং মনুংদ ঙংদুন লৈবে । অসুমন ব্রান অহিংসি হৌখি ।

অযুক অঙনবদ বিনা মবুংগি যুমদ থুংলৈ । মনুংগি কাদ মখোই অহুম কমদৌব হাইবদু ব্রা তান্‌নে । সিন্‌নবিব মওংসি খবগি মখৈদি থোইবিচা খংখিবগুম তৌব্রি । বিনা,

- যানবে, মখোইনসু যাম পামন তৌব্রি ।

মতাংসিম বিনাদ সিন্‌নবে । ঙা অহাওব অমা চামিন্‌নবগ নুংথিল হন্‌নব

বিনাসু খামলে ।

থোইবিচা তোমবখোইদ খুনগি দোকতব চংখিবদু মাগি কাগি থোংনাওদগি উই । কবি তৌব যাওববনো চিংনব পোকই । হিবমসিন মহাক খম থেংন লৈতাহনদ্রে । সোমদন কমদৌবি দোকতবন অনাব যেংলব মতুংদ হাইবকই,

- ব্রাখল অব্রাব অমা মাইযোকনবে ।
  মিওইবদি ব্রাখল্ন পুবনি, চুমন খন্ব তমমু ।
  কৈসু লৈব অনাব নৎতে ।

হিদাক খব ইবি, ইব লোইবগ,

- মসি চানব তৌসি,
  তোমব ব্রাখল্ নুংঙাইবত খল্লু ।
  পুনসি হাইবসি লাননি, অব্রাব খব থেংনবদ কিগনুনে ।

হিদাকতু মনাও চাওবন লৈব চৎখ্রে । চা-নুং থকমিনবব মতুংদ দখিন তৌবে । দোকতবসু অমুক হনখ্রে । মতাংসিদ মমান,

- নখোই লাইবিক হৈবব মিসে অসুমন তৌব্রিনে ।

মখোইদি তোমবন থেংনবিব অব্রাবসিগি মবম কনাসু খংদ্রি । চুমন মহৈ তমলুবগ থবক ফংদব তৌফম খংলকতদুন তৌবিবনি খললি । অসুমন খনবসি অযামবদি থোকলিবনি । তোমব খুমলকই,

- ইমা নচা কবিসু তৌবোইদ,

ইসিং অসাব অযিংব লৌবুনব মমৌদ খংহন্খি । লৌবুদুন থমমি । মতাই ওইন থুপচিনদুন প্রিয়া ফমমি । চাওব হিদাক লৈবুদুন পুবকই। তোমবন হৌজিক তৌবিবসি লাইহৌ তৌব, কোক চিকপ, ওনিংব, চাব যাদব অসিনি । হিদাকতু চানব সিল-লাংঙি । মমান,

- সে ইবুংঙো গুলিসে চাসিল্লু ।

তোমব লৌদুন চাসিল্লি । প্রিয়া চাক-ইসিং চাথোকনব হৌদোবকই। মদুগ ---

- ইতৈ ইবুংঙোগিদি কমদৌব ?

- অযুকসিমদি চাদ্রসনু কবিনো অচাপোৎ খব চাব হাইদুনি । মখোই চাকসংলোমদ চৎনখ্রে কাসিদ তোমব মতোমত লৈহৌব্রি । ইতোম তাবকপ মিকুপ অসিনি ব্রাখলন মথৌনা হেনগৎলকলিব । মসিনি

থ্বাইদগি ব্রাবিব। খল্লবোই হাইবসু ঙমদব, মবিদুমদি ইসান যান কক্থৎলব। অদুবু নুংসিবগি লমবিদ থেংনবকখিব মচি কাবব থৌদোক মচাসিং অদু কাওব ঙমলোই। মিৎমাংদ মুবতি ওইন লেপ্লবি।

নুংঙাইবগি ইনিল কাবি ইবোবিগি ইমুংদ, অদুবু কনাগুমব তুসোল্লবি অমদি মৈসা লাংলি, মাগি হৈনিংদব মতৌসিদ মনে বিনান,

- ইবেমমা, নংবু নসা নুংঙাইতব্রো ?

ফাজিনদুন থম্লম মৈচাকতুন খোলজেল থোক্ন কপ্থোবকলে।

- ইনে --- ।

হিক হিক লাওন কপ্প খাংলদুন মাগি কাবোমদ চংখ্রে। মোনদ মমাই উপ্সিন্দুন তেংথান কপ্চখি। ময়াই কাবমব নুংঙাইবগি ইনিলদু মিকপ্ খোলসিন নর্মথখি। থেমবিনব যাওদ্রবদুদ ব্রাবমালে তুমথখ্রমবনে। বিনা অমুক চংলকপদু মা খংদে। অহানবদ কবিসু তাখিদে মমৈদ হৈনিংদন খুমলকই। মদুদ বিনান,

- ঐখোই মযামবু নহাকন তমথিন খল্লবব ?

- লাইবকনি হাইন অদুমক খললবনি।

মখোইন সিন্ব নুপাদুগি অফব মযাম লৌখৎতুন পুকনিং চিংসিন্নব হোৎনবি। মদু কান্নব ফংখিদে। থোইবিচা,

- ঐগি পুনসি বাবাগিদমক কৎথোকলবনি।

মথমোইন কন্ন ব্রাবৌরি। অদুবু মমা-মপাগি মাইযোকতদি লেপ্পলবোই। মনেন পুকনিংগি মৈচাক মযামদু কাওনব ফজব ব্রাফমন থেমলি। মদুন মঙোনদদি হেন্ন মৈচাক হাপখি। বিনা অমুক থোকখ্রে। মনমমখোইগ ব্রাবি অমুক তৌবুবি, মনে থিলদোকলুবদু হনজিললকপদ মচানুপিগি নাকত চংলকতুন,

- অদুমন অব্রাব ব্রাখলত খলদুন লৈববদি
  নসাদু সোকলগনি, লাইবক হাইবসি ইসান সেমব
  যাব নৎতে। খবসু খনদোকউ।

- ইমা নংসু নুপিনিকো।

মচাবু থেমজিনব যাব থেমজিনবিবমলগ অমুক মপান থোকখ্রে।

অযুক পুং নিপাল তাখ্রে। নুপা মযুমগি অহন-লমনসিং চংলকই। ইবোবিগি ইমুংনসু তবাম-তবাম তৌদুন ওকই। লৈকাই মিওই কযাসু

যাওন মাংগোলদ অচা-থক তৌদুন মযাম হবাও-নুংঙাইমিনৈ । নুপা মযুমগি নুপা অমান,

- ইবুংঙো ইবোবি, ঐখোইন লাকচবিবসে,

ইবুংঙোগি ইচা ইবেমমাসে ইমৌ ওইজবগে হাইদুন ।

ইবোবিদ হেকতমক খুবুমমি ইবোবিসু খুবুমবদু হবাওন ওকখি ।

- ঐগিদি লাইবক ফবনি ।

সোমদ থোইবিচা কবি অমুক হাইবুনি পংখৈ লৈতন নুংসি মৈসা লাংখি। মৈসা লাংজব নৎতন মপাগি মাইযোকত লেপ্চবদি ঙমখিদে । অরাব মৈচাকতু ফাজিনদুন মপান মনিং থুংজববদি হাইদুন, অসোমগি লাকলিব মযামগি মনিংথুংজনব মসক উৎলুই । অমুক চংলকলগ,

- কাতোম নং ঐদি অসুম অসুম লাপ্থোবকলিনে ।

হা নোংদমব মসিবু কনাগি মবালনো,

পিবাংগ ইবোইনন কপ্পতন মসিন্ ওইবি । অসোমগি অহন-লমনসু অমুক হন্নখ্রে । তোমব মসা ফবকতুনা মাগি যেনগোনদ চৎলি । নুমিৎ খবনি তোমববু উবুদ্রব যেনসিংদু মসক খংঙি । মহাক উবদ হবাও হবাওন মচিনজাক খুনজখি । মতমসিদ, মিদ নৎতন সা-উচেক ফাওব কাইনব হাইবসি নুংঙাইতবোই হাইন তোমব মথমোইদ খনজখি । অমুক লৈথোকখিবদ অরাথাবি পামবিসিংদ পাললিব অমুনব হৈসিংদুন মাবু যেংলকপগুম খনথবকই । তোমব থমোই সোনথবকই । অমুক ইমুংলোমদ চংলকই । সুমাং মচি যৌবকপদ থোইবিখোইবোমদ যেংলুই, তান্ চান্নব হাইবদুনি মহাক মপানদ লেপলমমি মিৎচানবুই, মিৎলুদ পিবাং চিনথবিবি থোইবিচাগি মতৌদু তোমব উখি । অমন থমোইদ তানবিব মমিদু মিৎত লোইন খংনখি । সোব সাংন হোনদোকলমলগ থোইবিচা ইমুংদ চংখ্রে। তোমবসু চিংন যেংদুন লৈহৌবি । মাসু অদুমক ইমুংদ চংলকলে । তোমব উংদুন ফমুংদ মখোং যনথদুন ফমমি । রাখল নুংবংনখি, থংনব নিকুপত চে-কলম লৌথোকতুন কবিনোম ইব হৌরি ।

মবুপ নবেন

ঙসিদি ঐ যামন রাবে । সিবন ফবে হাইবদুমক থোকলে । অদুবু মিনিন সিবসু হেক ঙমদে । নোংমা ঐখোই অনি নুমিদাংদ উনৈ, লাইবক থিবন মমান ফাখি । মনা-মনিলদি নাইহনখিদে । ঙসিদি ঐখোই অনি

নোংমত উনব যাদ্রে । অসুমন ব্রাবিঙেসিদ তাদ ইবোবিন ঐঙোনদ হাইজবদুন, ঐসু থোইবিবু ইচামকনি খল্লগে হাইখ্রে । অমবোমদ অতোপ্প খুনদ্গি থোইবিবু হাইব মি চংলকলে। হৌজিক ঐ কৈদৌনি ?
লোইসিল্লগে ।

অদোমগি মবুপ
তোমব, মনিপুব

## *তবাতবুকসুব*

ঙসি সজিবুগি তবানি পানব যুমজকৈসা নুমিৎনি,অযুক মতমনিন মি অযামবন হংসিৎ লাংন নুংঙাইব মতমনি । অতিযাসু মযেক অদুম্ সেংঙি । মবকসিদ থোইবিচাগি লুহোংনব নুপা মযুমদগি ব্রাবোইপোৎ পুদুন থোংগাললোমদ অহল-লমন মযাম চংলকই । লৈকাই মযামসু থৌবমদু যাওবি । যামন চিংলেমন পাংথোকলি । মযামসি উবগ তোমব মিহ্নন চ্োংব মখোল্ থোবকই । মযাম অচা-অথক তৌদুন যা-যা লাংদুন থৌবমসি থব্রাই হাপলি । মবকসিদ চিন যাংবি নহা অমন,

- ইনেহোইগি নমৌসে মসকন ফজবিব মবম ওকখ্রব,
গ্যানসু ওনথোকন তাখ্রব,

নুপাবোমদগি অমন,

- অসিননে ঐখোইন হোৎনবিব মযামসে ।

থৌবমসি থোইবিচাসু অদুম যাওবি । থমোইদদি কনাগুমব খবদ সিংনবগুমন উৎলি । মযামসি উবগ তোমবগি থমোইদ ফাওখি, মাইথিবকলব সানবোইসিংদ অবোইব পুংফম যৌবে হাইদুন বেফ্রি খোংলকপদ ফাওখিব অব্রাব মৈচাকতুনি ঙসি তোমবন ফংলিব । নুপা মযুমগি মিওইসিং হনখ্রে। ইবোবিন মাগি নুপিদ,

- কুথিদু য়েংথোকনব তৌবো ।
কালেন থাদ নুপা-নুপি অনিমক্কি কাইদ্রমিন ।

মযামন হোৎনবিব মযামসে থমোই সোকপ নৎতন মিকুপ অমতসু ফবেদ খনখিব যাওখিদে থোইবিচা। মচানুপিবু হবাও-হবাও থেমজিনজৈ, থোইবিচান,

- নচাগি লাইবকতি মমা মপান লেপ্‌কদবনি
মসিদ মচা ওইবসিংন কবি হাইফম থোকপগে ।

মচান ব্রাবৌবিব মযামদু খংঙি, অদুবু মমাগি উপাই লৈতে । অদুন মচানুপিদ

- পুন্‌সি হাইবসি অপামব ঙাকত থোকউ যাপোৎতেদ ।

মপানদগি মি কৌবকই হাইদুন মমা থোকখি, ঙাইহাককি মতুংদ অবে চংলকই । ফমুংদ মখোই অনি পুন্‌ন ফমমিনৈ যাম লুন তিন্‌নজব মবুপনি। অবেন,

- ফবেনে, থবকসু তৌব্রি হাই ।
- পুমনমক ঐগিদি মৈচাকতনি হাপলবিব ।
- মি হাইবসিদি লৈমিন্‌নবগ নুংসিনবকপনি ।
- মদু ইফমদদি ওইথোকলবোই ।

মিৎলুদ পিবাং সিনথবকই । যাম খাংঙমদন মখা অসুম তাবকই,

- কাতোমবন ঐবু কবিনি হাইবিনি
- পুনসিবু ওইহননিংবদু ওইহনব যাব্রনে ?

অসুমন মখল-মখা থোইবিচাবু অবেন থেমজিনবি, থমোইগি অব্রা নুংঙাই থোইবিচাসু মতাবোইদ লোইন তমজৈ । অব্রাবদু অবেসু সবুক যাখি । লোইনন নুপি ওইবি মপোক অসিবুদি মখোই তবামন ওকচখিদে। তসেংনমক পেননজখিদে ।

## *তবাতবেৎসুব*

অযুককি পুং নিপাল-লোম তাবে, থোংগালদ ওকতো অমা খমখিব তাই । ঙাইহাককি মতুংদ নুপি মচা অমা সুমাংলোমদ চংলকই । তোমবগি মমান কনানো কমদৌবনো হংঙি ।

-ইমা, তোমব অমুকত উনগে ।

নুপিমচাসি তোমবগি থোংজিন ফাওব পুসিনবিবকই, মচানুপাদ খংহন্‌লমগ মা অমুক থোকখ্রে । বিনদিযা চংলকই, তোমবন থাজদন,

- হাই বিনদিযা
- সিনি ঐখোইদি ।

ইকোই কোইদন চৌক্রিদ ফমথখি । অদুগ মখা তাবকই ।

- নসা ঙমলুদ্রবো ?

মবকসিদ প্রিযান চা পুথোবকই । মকোক্ খুমবদুদ বিনদিযান খংলে । অদুন চাদু বিনদিয়ান ওকই, প্রিয়া থোকখ্রে, চা পাইমিনৈ । মবকসিদ ,

- উম, ঐ হকচাং ঙমলুদ্রে ।

ৱাবি কযা সানবুবব মতুংদ অতোপ্প ৱা অমসু বিনদিযান পুসিল্লকই। মহাক থবক ফংলে, লমবি লৈবমিন মহাক মযুম পান্ব পামলে । মতাংসিদ যাম কোইদন ফাগি ওইন হাইবকই,

- যুম পাললগে খল্লে, অদুবু নুপাদি লৈত্রি ।
 হন্তকতি ফাবদৌনি তানজা ফংবগ ।

- যাইনে, ঐসু নতেং পাংগে,

তান্জাসিদ হোংনব ফিবোল পুদুন প্রিযা চংলকই । বিনদিযাদ খুসিনৈ । তোনব যেনগোন্দ চৎলুগে হাইদুন থোকখ্রে । মতাংসু চাবে খনদুন ফি হোংদোকই। মতাংসিদ তোমবগি মমা চংলকই, অদুগ নুংসিন বিনদিযাগি পবিচৈ হংঙি। মসিদ লাওখুম্ পি ---

- ইমা, বিনদিযা কৌৱি, সিংজামৈদগিনি ।

অৱাৎপ খবদুসু মেনসিললি । মচানিপাবু মযুম পান্সিনব পামদু তমমি, লোইনন বিনদিযাবু মচা-মমৌ ওইজনিংবগি ইংগিৎ পি । অমদি মহাকপু দাইত লৌহন্নিংবগি ৱানি ।

- ইমা থবক হাইবসি মতাং যেংব চুমমি হাইন খললি ।

- মানে, মান ভাপ্ তাদবগি ৱানে ।

তোমব অমুক হললকলে । মচানুপাগ ৱাবি সান্নজসনু খন্দুন মমা মপান থোকখ্রে । তোমবদ

- যুম পান্সিললো, ইমান হাইবমমিনে ।

- চুমলব ৱানি,

- অদুগ কৈদৌবিব ।

মতাংসি থৈদোকলগ থোইবিচাগি ৱাবি অমুক পুসিল্লক্ই,

- থোইবিচা খংঙিদন ।

নিংসিংলগ খংলবগি মওংদ তৌবকই । তোমব মখা তাসিল্লি । থোইবিচা লুহোংখ্রনি । মতাংসিদ তোমবগি মাইথোংদ তাবিব অৱাবগি মমি অসিদ মমাংদ বিনদিযান চিংনখিবদু ভাপ তাখি । নোংমা লমবিদ মখোই অহুম

থেংনবদু পুথোকতুন,

- ঐ নংবু চিংনখিবনি ।

- চুমমি, ঐ থোইবিচাবু থমোই সেংন নুংসিখি
  ঙসিদি নাইতোম তাহৌবে ঐগি পুনসি ।

তোমবগি অৱাবদ বিনদিয়া সবুক যাবিখি । লোইনন থোইবিচাখোইদ চৎনিংদুন তোমবদ হংঙি । তোমবসু যাখি । মহাক চৎখ্রে । তোমব যেংদুন লৈহৌৱি । বিনদিয়া উবদ মপান থোবকতুন তবামন ওকই । অদুগ মনুংদ মখোই অনি চংমিনবকই । ফমুংদ পুন্ন ফমমিনবে । চা লৌবুদুন উপুদগি অচাপোৎসু পুথোকতুন চামিন-থকমিনৈ । থৱাই নুংঙাইতন,

- ইচে --- ।
  কাতোমবন ঐগি মবমদ কবি হাই ?

- লুহোংবগি পাও তমবি ।

- অতৈদি কবিসু হাইদব ?

- থোইদোকন হাইদে ।

থোইবিচা মিৎলুদ পিবাং সিনথবকই, থমোই সোকন,

- ইচে, ঐ কাতোমবু যামন নুংসি ।
  ঐ নুপি ওইবগি ইকাইব পুমনমক্ নাথৈখিবনি ।
  অদুগ বাবাবু ঐ সিংনবসু ঙমদ্রে, মিনুংসিন ইখোং অসে চেৎন পুন্‌সিন্‌বিখি ।

ও খোংন কপ্‌লদুন মচে বিনদিয়াবু কোনসিন্‌জে, কাইবব থমোইদুদ নুংসিব ৱাহৈন থেমজিনবি,

- থোইবিচা, লাইবকসে ইসান সেমজব যাব নৎতেনে ।
  নিংব থুংদ্রে হাইদুন --- ।
  পুকনিং ফাথব তমমু ।

নুংসিব হাইবসি থুংনবন মাগি-মাগি পনথুং নৎতে । মগুন ৱাংবসু নৎতে। কাইনব থুংনব, মোমোল মিনোক পিবাংন সেমবনি । মসি থোইবিচাদ খংহললি । মসি ওইদুনসু সিনথবিব মিৎকি পিদি থিংলুব ঙমদে ।

- ঐ যাম ৱাই, ইচে ।
  ঐ বাবাবু মনিং থুংহনগনি, অদুবু ঐগি

পুনসি ময়াই কাবদি নৎতে ।

পাবা অমা তমবিগদৌবিবনি ।

- পুনসিবু সিংথাদবদি তৌগনু । মসি চুমদব ৱাখলনি ।

কপ্পন মাগি মথৌ ওইবি মহাক তুমব-চাব যাদে মসিদ মহাক অপেনব ওইবি। কবিগুমবদ লাইবকন তমদুন সিখিবদু পামলব মতাংসু যাওবিবনি। বিনদিয়াসু মাবু থেমজিনবিবমলগ হনখ্রে । তোমবখোইদ অমুক চৎখ্রে । মদু চিংন যেংহৌব্রি থোইবিচা । অয়ুককি চাব-থকপ লোইবগ, থবক-ইখাং লোইসিল্লব মতুংদ বিনদিয়া মখোই অনি যেনগোন্লোনদ লাকই । মফমদুগি পুকনিংহুব সকফমদু উবদ বিনদিয়াগি থমোইদ অযিংব ফংজখি। অমুন্ব অৱাথবি, মচু চপ্ মান্নব যেন ময়াম্ অমদি খুংগংগি উচেক যামন খোংলকপগি মখোন ময়ামসি থেংনবুবদ মহাক মসাপুমব নুংঙাইবগি ইথক-ইপোম অমা ফাওবকই ।

তোমবদ অমুক ওনসিল্লকই অদুগ

- ঐদি নখোই স্নাইসি যাম নুংঙাইদৌ মাললি ।

- সানতিবুদি লৈবনি ।

- মসিদনি ঐনা ঙাওবিসে ।

## তবানিপালসুব

ঙসি থোইবিচা লুহোংব নুমিৎনি । মতমগি মতুংইন্ন ইসৈ হৌখ্রে । লোইনন বোবসু থোক্খ্রে । মসি লুহোংব অমগি মথং মনাও-নাইব চৎনবি থৌবমগি সবুক অমনি । মথং অসিদি কৈন্যাথোকনবা বেল খোংলকলে । বেন মখোনসিদ তোমব মিহুন চোংব হৌব্রি । মবকসিদ পুনসিগি অবোইবগুম থোইবিচাগি মাইথোংদু অমুকতং উনিংলকখি । অদুবু মদুগি লমবি অমত লৈখিদে । সোমদন কমদৌবি, লৈ কোইবিবি থোইবিচাগি মাইথোং উবুবগ তিল্লিব মিযাম অদু থমোই কাইখি । নিংদোনপোমন মিৎলুদ পিবাং সিন্থন লৈ কোইবিবি মতৌ অসিদনি । লৈ হুকপগি পুংফম যৌসিল্লকখি । নিংথিববি অদুমদি ওইবগ নিংব কাইবন মঙাল চামলবি পামবোম অনিদু থাঙগৎতুন বোবগি ঙকসমদ লৈ হুকখ্রে । থংনব মিকুপ্ত মিযামগি খুবাকমখোলন পুমনিল নিনখি । বোবন হেললি, কৈন্যান হেললি হাইব ৱাহৈন অমুক মিনিলদু ইনোৎ

হাপচিললি । তানজাসি যৌবকপদ তোমবদু ৱানথখ্রে হাইদুন মযাম চেনসিন্নখি । নবস ওইবি বিনা কৌরুদুন লাইকন্নখি । থোইদোকন অবুবদি থোকত্রে । মতমসিদদি থোইবিচাখোই ইমুংসু ইচিক-চিকলে । মিযাম অয়ামব কৈন্য থিনব চৎখিব অসিননি । বিনদিযাদি নুপি থিনব যাওখি, অদুন তোমবন ওইবিব ফিবমসি মহাক্ খংখিদ্রে ।

নুমিদাংগি পুং তবা তাখ্রে । ঙাইহাককি মতুংদ গাবি মখোল্ অমা তাবকলে । মদু নুপি থিনব যাওবুব মিযাম হল্লকখিবনি । ঙাইহাককি মতুংদ বিনদিযা ঐগি কাদ চংলকই, ঙসি বিনদিযান ফজবসি অমুক সৈথাবুনিঙাই লৈত্রে । অদুমন ওইববসু তোমবগি থমোইবু মকা লাম্হনবদি ঙমখিদে । ঙসিদি তৌগে হাইদুন তৌব মাললি বিনদিযাগি মতৌসি, কাসিদ নুপা অমা লৈ হাইবগি থৌসাবুব ইতৌ-তৌবদুন ফি হোংখি । থৌদৌসি তোমবগি চোকথবব থমোইবু চিংসিন্জব ঙমনব হোৎনবসু মাললি । মখোই অনি চাক চাথোকমিনবে । তুমন-হিপ্নব মতম ওইবকলদুন চয়েৎনব অমা লকখি অদুবু বিনদিযান-

- নংন চিংনবিবদো ঐ খংঙি ।

ঙসিদগি ঐসে নহাককি ওইবগদবনি ।

নংন ননিং থুংজবদুনি ঐন যেংলগ পেনজগদৌবিব ।

বিনদিযাগি মতৌদুদ তোমব ইঙক-ঙকই, ফিবমসিদ বিনদিযান,

-ঐবু তৌঙমবিনি খন্বিববব ?

তোমব পাওখুম পিখিদে । মদুমক যানিংদবগি মতৌদি নৎতে । কবিনো তৌবিব মতৌ অসিবু হাইদুন ভাপ্ তাদবগি ৱানি ।

- ঐবু নুংসিবিব ঙমবিবোইদবব ?

- অদুমনসু খনবিখিগনু ।

ঐ ভাপ্ তাব ঙমদ্রে, ঐবু ঙাকপিযু ।

তুমনব ফমুং সেম সাবদু বিনদিযাগি মথৌ ওইখ্রে । বিনদিযান তৌবিবদু চিংন যেংদুন তোমব,

-মসিসু পুনসি অসিদ মযাই অমনিনে ।

ঙসিদি তোমবগি মমা পোৎলুম থাখিবগুম মসাদু ইযাং হেক যাংঙি । অতৈ কবিগি নৎতে, তোমবগি মথৌ-মঙম লোইসিন্বিখিব অসিদনি সিখ্রবসু লমন্ তোনসিল্লমদ্রে । তোমবসু মিনিন নোংম হৌখি,

*নিনি চৎখি থোইবিচা কাইনবগি মৈচাকতু মযাই চমখ্রে । মনাকত বিনদিযাসু লৈবমিন । অদুবু থমোই লকানুংগি ব্রান অথুপ্প ব্রাফমনি ।* তোমবগি ব্রাবি লৈকাই পোথানফম ওইবে । থবক তৌবি ফংলমিন মসা কোমলে । অমবোমদ চযেৎনবসু তোমবদ থোকত্রে, কবিন মাগি নুপিন তৌবিব থবকসি নুপিগ যামন চান্জব স্কুলগি ওজানি।

লম্দম অসিদদি নুপান সেল তান্দুন নুপিন ইমুং পুব মসি হেন্ন চুসিননবগুম তৌব্রি । অদুন নুপিন সেল থোকলগ নুপান থোকতবসি নুংঙাইফমদি লৈতে । মবমদি নুপান তাল্লুব সেল নুপিদ পিসিনবনি । নুপিন থোকপদি নুপিন অদুম পাইদুন সিজন্বনি মসিদ ব্রা পুমব লৈবে । কবিগুমব মতাংদসু মাগি নুপিদ সেল নিবসি হৈনিংদব পোকলকপ যাওবে ।

নুপিন থবক তৌবসিদ মখোইদ ব্রাজব কযামসু লৈ । মদুমক বিনদিযাদ থোকলে । ঙন্ন যাহৌদুন অযুককি থবক মথং-মথং লেপতন চাক থোংব, চাব লোইবগ অমুক লোইসিল্লমলগ স্কুল কাখিব । নুংথিল অমুক হল্লকলগ নোংমগি কুপনোম লোইসিনব নুমিদাংগি চাক থোংব মযামসিগি মথকত মপুবোইবগি সেবা ঙাইহাকত ফাওব পোথাজব নংদে ।

থোইবিচা ঙসিদি মপামদ লকই, নুমিৎসি নোংমাইজিংনি । অদুন মসা খবদি কোমম্মি হাইবতনি হপ্ত অমা সিজিন্নখিব ফিবোল মযাম অমা সুগদৌবিবনি । অসুমন হোৎনবিঙৈসিদ থোইবিচা, চান-থকনব হৈবানচিংব খব পুদুন তোমবগি নাকত লাকই, মতমসি তোমব অমদি বিনদিযা পুন্ন লৈবমম্মি । থোইবিচাবু তবাম-তবাম ওকপি ।

-থোইবি নংদি নসক যাম ফজথোকলে ।

নুংঙাইবে, ফমমু- ফমমু নসাসু নোইখৎপগুম তৌব্রি ।

-খংদেদ ইনদোমচা ।

মখোই অনিদু ব্রাবি তৌবি তোমবসু তাই । অমুক-অমুক লোন্ন থোইবিচাবু চিংন যেংজৈ । মতৌদু বিনদিযা উখি । অসুম ফমজিনব মতাং চাদ্রে খন্দুন তোমব হৌগৎখ্রে । তানজাসি লৌদুন মনদোমচাদ হাইবকই ।

-কাকাবু লুন তৌবিয়ুকো, ইদোমচা,

ঐ মাগি সেবা তৌজনিংখিবনি নোংদমবন তমবিবমদ্রে ।
-কবিগি তৌবোইদগে,
নহাক্মক্কা মান্নন হোৎনগনি ।
ব্রা অমদি হাইগে, ঙসিদি নহাক নুপা অমগি
মবেম্মা ওইববনি, মদুগুমব ব্রাখল খন্ব চুমদ্রে ।

মখোই অনি ব্রাফম কযানি চৎথবিব । মমৈদ থোইবি হনখ্রে। ঙসিফাওবদ তোমবগি ব্রাখল থাদোকলমদব অসিদ বিনদিয়া খোইবাং-খোইসাওনব পোকই ।

নুংথিল পোপোপ্সি মি অযামব তুমন-হিপনদুন পোথানৈ । হপ্ত অমগি মনুংদ বিনদিযাদি সুতি নৎতন নোংমাইজিং নুমিৎখকতনি অসুমন পোথাব ফংলিবসি । অদুন ঙসিদি তোমবসু বিনদিযাসু মাগি মাগি ফমুংদ পোথানবি, মবমকসিদ তোমবন ব্রাখল অমা খললি, ঙসি বিনদিয়ান ঐবু কুপ্ন সেন্নবিবসি কবিগিনো ? থোইবিচা লাকপগিবা ---- ? সোমদসু বিনদিযা থমোইনুংদ খললি থোইবিচা, কাকাবু লুন তৌবিযুকো । ব্রাহৈসিন ব্রাখল ইবোং নাইহললি । খনব যাব কযা খল্লুবব মতুং মদোম বিনদিযা সেবিঅস যাম ওইসিল্লকই । ঐখোই অনি লুহোংলুব থা অহুম মবিত সুবি । অসুমন নুংথিল পোথামিনব মসি অতাংব মিকুপনি । অদুগ মান ঐবু মিৎচিন ফাওব হন্ন যেংবিবকতবসি মবম লৈফম থোকই , হনদকতি মচিন থোবকলে ।

-যাম তুমনিংথ্রমনে,ব্রা-লানগ অমত ঙাংবিবকতে ।

ব্রাহৈসিদ তোমব গ্যান খবদি তাখি, মাগি নুপিন মাবু --- ।

-চিংনব মাললি ঐবু,
-চিংনজদে --- ।
-কবিসু নৎতবদ লান্ন লৌগনু,
ঐদি কবিগুমবদ নৎতব থবক অমত তৌখিব লৈতে ।

বিনদিয়া খজিক ইকাইব পোকই । থোইবিচান হেনজিন্জব ওইগনি, মতাংসিদ নুপি ওইবিসিংবু মহাকন সাওনিংব পোকই । মবক থৎন তোমবন,

-লৈনম-লৈহিন হাবব নফমদ তিনজবদুনি
ঐগি পুনসিদ অপেনব ওইবিব ।

চযেৎনবমব ব্রাফমদুন লৈখাই তানবব মসা-মসান পুকনিংদ মলোম

থমনখিদ্রে, মোন্দা নুংঙাইনখি। মখোই অনি। নিদ্রা লাকতুন তুমনখ্রে।

ওনথোকপ মতৌনি, ঙসি নুমিদাংৱাইসি থংনব খুনদ ইবাং অমা থোকলে। মিযাম পাখৎন চেন্নবকখি। ঐখোই খুন্দসু মিযাম কযাম থুংলখি। পুংখাইমুককি মমাংদ নোংমৈ মখোল তাখিবনি। নহাবোলগ মযাং সিফাইগ খুৎথোকনব ওইবমলে। তোমবখোই ইমুংদসু মি খব থুংলখি। মতৌসি উবগ মমাংঙৈ সেকেন্দ ৱাবদ তৌখিব ময়ামদু অসুম তৌবিগদ্র হাইন নিংসিংহললি। মযামন চেন্নবিব অসি মবম চাওন লৈ। নুপা মখৈ হনু-নহা অঙাং খাকতন ফুগদৌবিবনি। নুপি নহাসিংবুন তান্জা চাববদি ইজৎ লৌবিখিগদৌবিবনি , সিফাইসিং অদুগি খুবামনুংদ --- । মযামসি কিদুন চেন্নবিবনি। মসিদ নৎতে, লন্-থুমসু অপাম-অপামব খন্দুন লৌখিগদৌবিবনি।

## *তবামাপলসুব*

নুমিৎ যুংলকপ মতমসিদদি বিনদিযা স্কুলদ লৈখি। তোমবগি ইমুং অদুম ইচিক চিকই। নুপি চৎথোকখিবনিন, ইমুং মাংগোল তোমবন ৱাইবম সিৎচিললি। লোইদুন খুৎ হামদোকলগ ফমুংদ হিপ্থবত মঙাইবি, মি লাকপগি সমিন ফংলকতুন হৌগৎতুন যেংবদ বিনা ওইবমমি লাক্পগি মবম খন্ফম খংদন,

-এ, কবি লৈবে ?

-ইচেদি তাদ ?

-মাদি স্কুল চৎখিবনি।

-ঙসি সুতি ওইনবসু যাওবিনে,

সেন খিত হংগে তৌবনি।

বিনদিযা লৈতে হাইবদুদ নুংঙাইতন হনখ্রে। মাগি অসিগুমব মতৌসি সিগ থান অনি-অহুমলকতি সুবে। মাগি মবক মবককি মতৌসিন তোমবগি থমোইদ কবিগুমব খব খলহললি। তোমব ইমুংদ চংলকতুন ফমুংদ অমুক কাখৎতুন হিপথৈ, মমাংগি থৌদোক মচা খব নিংসিংলকই। মমাংদ তোমব অমদি থোইবিচাগি মবি ফৎতব মতমদুদ তোমবন মসা ঙমদবদ বিনান যেংসিললি। বিনা মপুবোইব লৈববিনি মদু.কাওবগি মওংল, নৎত্রগ পেসেনগি পুকনিংন লুমখিদুনব খংদে

মসাবু ফিজেৎপু কবিগুমবদ থওইদব মওং কযানি। মাগি মতৌদু তোমব য়াম হৈনখিদে, মি কৌবনিন লোন্‌ন য়েংনিংলুই। কবিগুমবদ মখোই অনি মিচান্‌নখিব যাওখিদব নৎতে। মতমদু মহাক হেন্‌ন সেবিঅস ওইখিদে। মোমোল মিনোক অমনদুম,

-ব্রাখল নুংঙাইতব খনবিগনু,

ব্রাখলন মিবু নাহললি, ব্রাখলন মিবু মসা খিংহললি হাইবসু লৈবনি।

চৎলমদাইদ ইথা থাজদন হাইবমমি,

-নুপি থিজিন্‌নব তৌবিবো।

মদুন খ্বাইদগি ফবব হিদাক ওইবনি।

মথং অমুক অতোপ্‌প থৌদোক অমমুক নিংসিংলকই, তুবেনদ তোমব ইবুজবি। বিনাসু চাকখুম ইসিং সোকলি। লমদমসিন চানবিব ইসিংসি নুংতাব তুবেন্‌নিন গুহা মচা তৌদুন কোন মচান কন্‌দুন সোকপনি। মসিন কোবফু নৎত্রগ সনাবুল অমা সোকপদ খব কুইন চংঙি। পাথং নহাসিংন ইবুজবসি খুদৈ মচাদু নিংগ্রি তাখৎতুন সেৎলগ লুজবনি, অদুন নুপি নহাসিংন যেংবদ যামন নুংঙাইজে। বিনাসু ইসিং সোকলি হাইব কাওখ্রে, তোমবগি সবান যেংবদ ---। তোমবন লৈথোবকপদ বিনাগি ঙৌবৰি সাংতক ঙকসমদ মাবু চিংন যেংলগ তিন যোৎখিবদু উহৌখি। তোমবন উখ্রে খংবদ মহাক ইকাইখি। ইকাইব খাংব ওইন হিগৎতুন যেংলকই। মতৌদু তোমব গ্যান তাব ব্রাৎলি। বিনা কাখ্রো মিকুপ অসিদ তোমব খনজখি, মদুদি মৌনহাসিংসি জাৎ জাৎ তৌবোইবে হাইবসিনি, অমবোমদ পুকনিং মাদি মনিং তমবনিন থিংলুব যাবসু নৎতে ---। খন্‌ন খন্‌ন তোমব নিদ্রান সুমবিখ্রে।

নুংথিলগি পুং মবি তাসিল্‌খ্রে। বিনদিযাসু মখুৎত পোলিথিন্ খাও অমা যানদুন হল্‌লকই। খাওদু মফম চান থম্‌লগ ফি হোংন হোংন ফমুংদ হিপলিব মপুবোইবদ,

-তামো হৌগৎলো।

তাববো তামো ----।

তোমব মমিৎ পাংথোবকই, বিনদিযাবু চিংন য়েংলগ খিগৎলি। অদুগ

-অস, ঐদি কুইন তুমলুবেদন।

চেবং খাওদুগি মনুংদগি বিনদিয়ান চেংগুম মখোং সাংবি মপুন্ অনি-অহুম লৌথোবকই, মপুবোইবদ য়েংহললি। মথং-মথং পোৎলম কয়া লৌথোবকই। বিনদিয়ান,

-হেক উবদুদ চানিংমনখ্রদুন --- ।

তামোদি চানিংদ্রা ?

-চানিংঙি ।

বিনদিয়া থবক ইনখাংদ পুকনিং চংখ্রে। তোমবসু ফি হোংদুন অসিব্রাই ফাওবদং কোইথোকনিংদুন থোবকই। সোবোক যৌবে। লমবিগ থংনব লমহাং মচিদুদ মমান্নবসিংগ ফমমিনদুন নুংঙাইব ব্রাবি ব্রাতাই তৌমিনৈ। মবক থৎনব নুপা অমন,

-হৌজিক কান্‌সিদি মৌ নহাসিংসি মতামা তৌনবে।

-কবি তৌবগে ?

-অবানব লমচৎ যাম চৎনবে।

ব্রাফমসি যুমলোননবিব নুপা-নুপিসিং অনিগি মবকত বেভাব থমনবকতব মিতোপ্‌কা অবোনব মবি থম্‌নবকপ মতাং অসিনি। মমাংঙৈ অহল-লমনগি হাকতকতদি মসিগুমবসি মথি ফোংলমদবনি, যামন তাংব খব নৎতন। মসিগি মবমসি যামখ্রে। মসি নুপাদু মাগি অপেনব ওইদবনব নৎত্রগ সেন তানবগি মওংল, অমন দিহেগি ইখৌলাংবনব মসক লেপ্‌প ব্রাবি।

-মসি নুপাসু-নুপিসু মবাল লৈ।

মসান মসাবু মসক খংজদবগি ব্রানি।

-ফৎতব মিগি ব্রানি,

অফব মি ইবৈমক লৈতবদি নৎতে।

ব্রাবি কয়া তৌনবব মতুংদ মমসিল্‌লকতুন অমুক যুমদ চংনবকলে। কনাগুমবদি থেংলফাও যুমদ হন্‌জিল্‌লকতব যু ঙাওদুন লৈনবসু কোংগাইনি। নুমিদাংগি চাক চাব তোকলব মতুংদ তোমব ঙাইহাক তুমবসু ঙললি হাইদুন তিভি যেংদুন পোথাবি। মতমসিদদি মৌ অনৌবি লৈববদি ইমুং অমদ তিভি অমা সিদি নৎত্রগ দিবিদি অমদি সোইদ্রে। পাখং অমা মুবাইল ফোন অমা, লৈসাবি অমা ফোন অমা হাইবগুমবদুনি। তোমবসু মথং মথং সেনিমা যেংলকপদগি অকোনব তাবদদি অমা (বি)

ফিলম হেক তাবকই । মিনিৎ অমবোম য়েংলব মতুংদ, বিনদিয়া চংলকই । সোফাদ ফমথৈ । ফিলমদু উবদ চৈবকই, ঙাইহাক য়েংবদদি মচিন ফোৎচিনখ্রে পুকনিংন মাসু মিনিন --- । কনাসু অথিংব লৈতন ফিলম অদুম লোইনব যেংমিনবে । মখোই অনি ইথক-ইবাং অমন মসাসিংদু লাকসিনখি থংনব মিকুপত ফিজিকেল বিলেসন থমনখি । মিনিৎ খবগি মতুংদ চোকথবব হকচাংসিংদু তুমথখ্রে ।

অহিংগি অচিকপ নোংমৈ মখোলন থুগাইখ্রে । মবুগ লোইনব মৈবিকন মতৌ অমা ওইহনখি । মনা সিংব কনাগুমবদি পাখৎপন মিহুন থবক হুন্নখি মখা সমথন কাপ্নবগি মখোলন খুল অসি অকিব অমন যোমসিনখি । কবি তৌনি হৌজিক খংদন ইমুংদ গ্যান মাংনখি । বোম তোপ্কি মখোল অসিন নোংঙানবদ ফিবম অমদি চাববোই । খুনসিদ লৈব সিফাই কেমপসি থুগাইব ওইগনি । চবাংনব অসিন তোমব অমদি বিনদিযাসু মিকপ থোবকলে । মিপাইখিবন তোমবদ ওনসিনদুন,

-তামো । নুমিদাংনি অমমবসিদ কমদৌনি ।

থক্কৎন কাংখদ পাকথদুন লৈনবে । পাখৎ চাওব কনাগুমবদি মপান্ থোকপ ঙমদদুন ইমুংদ মাংসিনব, ইসিং চৎসিনব যাওনবে । মযামসিগি মবকত তোমবখোই ইমুংসু পুন্ন লৈবন চুমমি হাইবসি পাখৎপন কাওখ্রে, মাগি মাগি কাদ ঙাওন লৈনবে । পুং অনিবোম্ কাপ্নবব মতুংদ খব নেমথনখ্রে । অদুবু অহৌব মখোল্ন লন্তক লন্তক মিপাইনহনবদি লেপত্রি । লমবি সোবোকসি মিখোল্ অমত তাদে । কেমপসি তোমবখোইগ ইবাপ লাপ্তবদ লৈবনি । খুনসি অচৌব লৈকাই মবিন সাবনি । কেমপকা থংনব লৈকাইগি মি মখৈদি অনকপদ লৈব লমহাংদ মযাম থোবকতুন পুন্ন তাসিনদুন লৈনখি । মদুমকতি তোমবখোই লৈকাইদি তৌদে । মখোল মবমকতুদ থোকপ কিদুন তৌবিব্র খংদে । পুং খবগি মতুংদ সাইলেন খোংদুন গাবি মসিং থিঙমদন যৌজিল্লকখ্রে । হুইসেন মখোলসু তাবকলে । মবকসিদ যৌখিব গাবি খবসু য়াওবি । ময়াম পাখৎখিবন ব্রানথনব কযা যাওনবে । মবুওইন মমাংদ থোকখিব যৌদোকসিংগি ব্রাবিসিংদু নিংসিংলুবগ --- । হনদকতি খোংঙুপ্ বুৎ মখোল ওইন মনিং-মযাদ তাবকলে । ময়াং মবোলগ থোং কাওখাইবসু যাওখ্রে । মবকসিদ মিগি লাইবক তমব ঙমদে

প্রিয়াদি মপামদ লৈখি। মতাংসিদ বিনদিয়া,

-ঐসু ইপাম চৎচবমগদববু,

হৌজিকতি কবি থোক্কনি খংদ্রে --- ।

খংহৌদে তোমবগি থোংজিলদ ময়াং মবোলদ থোং হাংউ হাইদুন কযাবক লাওবকখি। মনুংদ থোং হাংবদি লাইবদন-মিহুন চোংখিবন মসাদু তবংদ লৈবে। হাংমনদ্রবদুদ মখোই সাওবমনে, থোংদু কাওখাইদুন চংলকই। মসকত উবদ বিনদিয়াদি মসামক হিংলিব্র-সিবব্র খংখিদ্রে। তোমববু লাকতুন চিংখৎলগ মখুৎ তুংবুন্নখি। মতৌসিদ হান্নগুম ব্রা ঙাংথোকপ ঙমদন তবংদ অদুমক লৈ। হন্দকতি বিনদিযাদু মুনা চাওববসিংদুগি মখোং পাইবুবি মবোলদি থোকতন,

-মাবু --- ।

নুপিদুবু সগন্ লাকতুন চিংখৎলগ মখজাইদ খুপাকন থাজিন্‌খি। থংনব মিকুপত লৈমাইদ সুপতেক-নাতেক তুসিনখি। তোমবন,

-কবিনো নুপিদবো ?

অমন নোংমৈগি বৎতুন অনি-অহুমলক সুজিলখিবদ অক্ হাইব নৎতন অদুম গ্যান তাখিদ্রে। মচিন-চাওব,সাফব মকোই সাংন খাকপ, খাং মনিংমুক মুব অমন যাম কল্লকন বিনদিযা তমন চংসিললকই। তৌবমলিব মতৌদু তোমব গ্যান তাবকপদ উবকই। কবি তৌদৌবিনো হাইবদু খংলবদ কন্‌জবদি ঙমদ লাও-খোংজব নৎতন উপাই লৈখিদে। চাওবব খুৎচাওদুন বিনদিযাগি মনম্‌দ কল্লকন নান্‌বিখি। মিকুপতুদ বিনদিযা ভাপ তাবকই। অমুক সোব হোনগনি কাওবগুম তৌদ্রে। ব্রা ঙাংব ঙমখিদ্রে। তৌবিব মতৌদু সিনেমা যেংবগুম মনাকত লেপলিব সিফাইসিংদু নুংঙাইব কুমহৈগুম যেংলি। মিজাওদু মৈসা ফাওবগুম তৌবকখি, খুৎচাওদুন থবাক মঙাল ফবিবু ফিথকত মনিং তমখি। মতৌদুদ খাংঙমদ্দ্রব তোমব,

কবিনো ---, মদু হৌনদব মতৌনি --- ।

তোমবদু উপাই লৈত্রদুন কপচখি। মথং মথং চৎথবকপদ বিনদিযান মিজাওদুদ চিকখি। চৈনা ফংলবদ সাফু কন্নন বিনদিয়াবু ফুবিখি। মহাক ব্রানথগ্রে। যেংব ঙমদ্রদুন তোমব মমিৎ উইসিনগ্রে। সেৎলিব ফিসিংদু লাক-লাকতুন চিংথোকগ্রে। হৌজিক মসাদু ফি অমত থোংদ্রে।

মতৌদু চিংন য়েংলগ সিফাইসিংদু মতিল য়োংখি। মপুং ফাববি সাহৌদু উবদ মিজাওদু ফাথব ঙমদ্রদুন, থাবব খাগি খোংগ্রাওগি চেন্দু মপুং ফান চিংথখি। খাংব ঙমদ্রব তোমব বিনদিযাবু কন্‌জনিং চেনসিন্‌লকখি, অদুবু মনাকত লেপলিব সিফাই অমন খোংচেপপি হাইবকপদুদ লৈমাইদ হাইখখি। অমুক হৌগৎপগি থৌনা লৈখিদ্রে খুৎ পুনসিন্‌খ্রমিন। থৌদোকসি মখা তান তমথব ঙমদ্রে। অসিগুমব থৌদোকসি লৈকাইসিদ মাখক নৎতে। কেমপদ হান্‌ন লৈবমব সিফাইসিংদি অসোক অপনগিদমক চৎখ্রবনি। খুদকত থুংলব পাংগল হন্‌দ্রিব ময়ামদুন মিয়ামবু ওৎপিখিবনি।

## *কুনসুব*

মাংগোল্‌দ ফমদুন পিবাং সিন্‌থবি, নুংহিকন মচিন থোবকখি।

-কবমব পুংফমদ পোকলুবিবনো ?

লাইবকসে ওনথোকন থিখ্রেদকো, বিনদিযা ঐসে।

মখোল থোকন পিবাংদু লৈমাইদ তাবি। ব্রাখল্‌গি ইবৈলকসিদ অমুকসু

-হে মিওইব নখোই সা ওল্‌লে।

ঙসিদি ঐসে সাসিং অদুগি খযাৎতগি লিৎথবকলবনি।

হৌজিক ঐগি লাইবক কবিনো ?

মনেম থোবকতুন থেমজিনবি,

-ইমৌ ইবেমমা তেংথাবগনু,

মসি লাইবক থিব অচমব থৌদোকনি খল্‌লসি।

মখল-মখা ব্রাফম কযা পুথোকতুন নৈনদুন মমৌগি আসা কযা মাংদ পুথোকতুন তমলি। লৈসান মৌ ওইববি, মব্রা-মপুবোইব লৈন লমলানবগ লোইনববি মদুমকতি নৎতে বিনদিযা, মখা তান মনেমন,

-নপুবোইবন নহাকপু কৈদৌনুংদ মিবাইবোই,

মহাক ঐগি ইচানি।

তানজাসিদ তোমব হল্‌লকই, মমা লৈদুনসু চংসিন্দুন বিনদিয়াগি সিন্‌থবিব পিবাংবু নুংসিন তৈথোকপিখি,

-নংগিদমক ঐ লৈবিবসিদি,

ঐ নহাকপু পুনসিগি থাদোকলোই।

খুনসিদ অব্রাব নংলিব ইমুংসি মখোই ইমুংসিখক নৎতে। সিফাইসু ফন যামন সিখি। অসেংবদি খংনদ্রে। লানজাও লোইবকপগুম খুনজাসি মমিৎ পাংথোকপ ঙমদ্রে। ব্রাবে চোকথবে। ঙসিদি হান্নগুম মপুবোইবগি নাকত তুমলদ্রে। মিওইবসি পুকনিংন পুই। ওইথোকলোইদব ব্রাফম অমবু হনজিন্ হনজিন্ খনদুন লৈবে। ইথিল্ অসিন মসাবু লৈতাহনব ঙমদ্রে। অমবোমদ তোমবদি মাগি নুপিবু মিবাইব লৈখিদে। মসি ওইদুনসু বিনদিযাদি মসান মবাল্ লৈজবব অমগুম, মসিদ তোমবন,

-নংন অসুমন তৌবসে চুমদে।

ঐগি থমোইবু মচেৎ তান থুগাইবগনু।

-তামো, ঐবু ব্রা ঙাংহনবিবগনু।

মতাং অসিদদি মনিং তৌহললে। মবাইন অদুম হনথজবক্কনি খনদুন। মদুমকতি বিনদিযাদ থোকত্রে হেন্নদুম ইনোৎ হেনগৎলকই। তোমবসু লাইবক্ থিবব থৌদোকতু নিংসিংদবদি নৎতে, অদুবু কান্নববু লৈখিগদ্রা ? অসুমন নিংদোন পোমহনখিব হাইবসি ঐখোইগি অসোনবনি। কবমব মতমদ অকিব যাওদন, ইসাবু থাজন হিংব ফংলকখিনি হাইব আসা তৌবি। নিংব কাইবব ব্রাখললকত নিংঙমদন তোমব তুমথখ্রে। বিনদিযাদি তুমলমগদব মানদে। অহিং অথেংবদ মহাক মপান থোকখ্রে। অচিকপদ নাইতোম ফমদুন মসাগি ফিবেপ্ সেম-সাজখি। অমম্বদ অকিব মাংখ্রে। ব্রাখল কযা খল্লুবব মতুংদ ইমুংদ অমুক চংলকই। চে-কলম লৌথোকতুন কবিনো খব ইবি। লোইবব মতুংদ, থবক অমা চৎনবগি মওংদ ফি-হোংঙি। লোইবগ মপুবাইবগি মখোং সোকন খুবুমজবগ পুনসিগি বিদাই পিবকখি। হনদকতি মিৎলুদ পিবাং সিন্থবকই। থমোইনুংদদি নপুবোইবগি নাকত লেংদন লৈজনিংবনি। মদুমকতি লাইবকত তমলমদ্রে। মবাল লৈবব অমগুম,

-ঐবু ঙাকপিযু,

ঙসিদি ঐসে নংগিদমক মতিক চদ্রবনি।

পুনসিগি বিদাই পিনবো।

মপান থোবকলে, সুমাংদ লেপ্তুন নুংসিবব যুমসে চিংন যেংলগ বিদাই পিবকই,

-হে লাইবক ফববি যুম,

নংনবে ইপুবোইববু নুংসিন নাওকোনবিয়ুকো,
নচাদি চৎলবনি লমবি অমদ,
নচাগি মংগোল পিনবিয়ু ।

মঙম সানদন মহাক মাগি লমবি অদুদ মনিং তৌন চৎখ্রে ।

নোং ঙাললে, ইমুংগি মিওইসিং ঙমন হৌগৎনদুন মথৌ পাংথোকখ্রে । মতম অসি ফাওবদ বিনদিয়াদি যাহৌবকত্রি, মতৌসিদ ইমুংদ চংদুন য়েংলুই । মাদি লৈবমদ্রে, মাগি মহুৎত চিথি অমা থনমলে । মদু মাংগোলদ পুথোকতুন ইমুং হুপ্ন য়েংমিনৈ ।

" তামো, ঐবু পুকলৌ-পাওবৌবিবগনু । থাজদব থৌদোক কয়ানি ঙসি মথঙ-মথং থোবকলিব । মসি কনাসু থৈদোকলুব ঙমলোই । ইসোবগি নোংদমখোল ওইববনি । ঐগি পুনসিদ নহাককি সেবা মতোল লোমন তৌজব ফংলমদ্রে । মসিদ কবিবু হাইবুগনি । ইসাগি ফিবেপ অমগিদমক খোং থাংলবনি । মসিদ তামোন, ইনেম ইবেমমন লোইনন ইমুং অসিগি মিওই খুদিংমকন মংগোল পিনবিয়ু । নিংজবিব অসি থুংব ঙমজগে । ঐবু থমোই সেংন নুংসিবিববদি নুপি অমা থিবিদুন নুংঙাইন হিংবিবকউ । ঐহাকতি আসা অমগ চৎলবনি । "

ঙসি ইমুং অসি অৱাব মনম মনম নন্থবকলি । উপাই অমা থিব ফংদে, ইমুং হুপ্ন মংগোল অবসিবাৎ পিবিখি । মবকসিদ তপ্ন তোমবন হাইবকই,

-নংগি ফিবেপ কল্মললি ।
নহাকপু ঐনা কবিগুমবদ মিবাইখিব লৈতে ।
পুনসি অসিবু --- ।

ঙসিদি লমদম অসিগি মফম খুদিং বিনদিয়াদ থোকলিব দসাসি নুপি কযাগি মফমদ থোকলিবনি । নুপা কযাবুন ফুবদ যাম সাথিন সোক্নদুন হোসপিতালদ লাইকন্নবিবনি । অসিব মিসিংগি মবকত বিনাগি নুপাসু যাওখ্রবনি, ঙসিদি মিওইবগি লাইবক অসি নোংমৈ মবুন তমবিবে । মসিগুমবসি লমদমসিদ কনানসু পামনদে । অদুবু উপাইদি লৈত্রে ।

হিংদব যাদব মপোকনিন, হিংবন হেন্ন পুকনিং চিংসিনখি, নোংমা কাওখি, নিনি হৌখি ৱাবব চৈনাগি অৱাবদু খব খব নেমথনবকখি ।

মপুবোইব লৈখিদব থা মবি-মঙা সুবকলে। নোংমগি হিংবগি সবৈদ, অৱাবগি ইতিলদুগি মহুৎত মমাংদগি থমোই লকানুংদ লোৎতুন থমলকপ ইথিল অমখক্ মদু ৱাখৎলকই । মতাংসিদ মাগিসি লান্দব অমসু লৈবি। নুপি কাইনখ্রব নুপাদুন সোবাৎ নোংঙানবগ ইমুং পুবিনব লৈত্রে হাইদুন হেকত নুপি থিজিনব, মপুবোইব কাইনখ্রবি ওইবগন ফিবোই ফাওব লোইদ্রি হেক মহাইব । মসি চুমদব, মিয়াম মবকত থাক মান্নদব মিযেং অমনি । বিনা যামন নহানি মচা অমতনি যাওবিব, মদুসু মতৈ অমদি মনাও নুপাসিংগি দাইত ওইখ্রবনি । মনাও নুপাদু মচা পোকতে । মবম মযাম অসিন তুংদ থেংনগদব অৱাব মযামদুগিদমক মহাক মযুম পালহৌবন চুমব লৈ । মবমসিন মনেমনসু মতাংসিগি কন্ন ৱা হৌদোকনিংলবনি মদুদ মতাং চাদব ওইদুন, লৈকাইগি নুপি অমদ ৱাসি হৌদোকপিনব সিন্নখ্রে। নুপিদুন নতাং চাব অমদ বিনাদ অসুমন,

-বিনা,ইচেদি নঙোনদ ৱা অমা হাইনিংঙি ।

-কবি ৱানোনে ইচে,

-নং লান্নদি লৌগনুকো

ঐদি নহাক অমুক যুম পালহলনিংঙি ।

ৱাহৈসিদ বিনা পাওখুম পিবকতে । মতৌদু খন্ফম খংদবগি মতৌনি । মচাগি ৱাখল, মমৈদ সাংলব পুনসি লমবিসি নাইতোম নুপি নহান চৎলুব হাইবসি অসুককি মতিক খুদোং থিনিংঙাইনি । অদুন মাইসু হাইঙমদে ।

-ইচে ঐ গ্যান তাদে ।

ইচা অসিগি খন্দবসু ঙমদে ।

## *কুনমাথোহসুব*

মি খুদিংমক হিংলব, লান অমদি মাইযোকনৈ। মসি পুনসিগি মসিন্নি । ঙসিদি তোমব ঙাওচৎনবে, মসিমক অচমব থৌদোককি চৈথেং অমা নৎতে । মসাগি নুপিবু মমাংমকতদ যাম তমথিন ইজৎ মাংহনবিখিব থৌদোক অসিগ মবি লৈনন বিনদিযাসু মাবু হুনদোকতুন

আসা অমগ লমবি অমদ চংসিনখিব মতাংসিদ তোমববু হন্থন যেংবিব মি য়াওদব নৎতে। মতাং অসিদ মান থেংনবিব অন্নাব অসি মাইকৈ কয়াদনি। অমবোমদ পুনসি লিলাসি ময়ানি খনদোকলসি। অদুবু থুনমক নুপি অমা হেকত থিব হাইবসি ওইথোকপ যাব ব্রা নৎতে। মসিন লমজিংদুন নুপি অমা যেংব হৌবদ মতা চাব হেক থেংনবোই। নোংমা তোমব চুমন থোবকপদ তুবেন মপান যৌসিল্লকই, তান্জাসিদ বিনাসু ইসিং সোকলুদুন কাবকই। মখোই অনি থেংনবদ বিনা থমোইদ তুংলিবদু মথি ফোংলকই, মদুন,

-তাদ, হব্রা চাবমলিব্র ?

-উঁম,

ঙসিদি অসুম নোংমত বিনান লমবি-সোবোকত কৌবকখিব লৈতে। মতৌসিন তোমবগি পুকনিং চিংসিলখি। মমাংঙৈ বিনদিযা লৈতব কান্দ মবম ইচা চাদন মাগি যুমদ লাকখিবসিং অদুগি মতুংদ মওন্-মওন্ খল্লকই, মান মসা ঙমখিদব মতমদ যামন থব্রাই যাওজখিবদু মথং মথং চিংথোবকখি। ব্রাখল অসি মসিং-মসোন নাই। তান্জাসিদ অমুকসু ইসিং সোকপ লাকপ মদুদ মান তৌখিব থৌদোক নিংসিংদব ঙমদে, বিনা,

-তাদ, কবি ব্রাখলনো ?

-কবি খুমদৌনো খংদে।

তৌফম খংদন খুমদোকখি, মতৌদুদ কিবুপ যেংলদুন ময়া হিগৎলমলগ মহাক মাগি লমবিদ অমুক চৎখ্রে।

বিনা নুমিদাংগি যেনসাং সেমলি। মচানুপি চহি মঙাবোম সুববিদু মদোমচাখোইদা লৈখি। মতাংসিদ তোমবগি ব্রাখল তৌবকই, তোমবন পাখং ওইবিঙৈদু কযাদ ঐন পামজখিব। অদুবু নোংমত ইফমদ নুংসিবগি ব্রা অমতসু হাইবিখিদবনি। অমবোমদ মান নুপি চেনবগি পাও তাবদ ঐন কযাদ পামমুজখিব মদু কবিগিনো, মতমদু ঐ ইচা লৈবব মতমনি। হৌজিকতি, মাসু ঐসু থাক মান্নবব্র খললে। ইনেমন ঐবু পুকনিং থৌগৎপিবি। মসিনদি ব্রাফম অসি পাপ্ ওইবিব্র ? পাপ্-পুন্য হাইবসিন কমদৌবনো, ফবে,মানদি ঐবু পামবিবমগদ্র ?

-ইমৌ ইবেমমা,

বিনা মনেমন কৌবকপদুদ খংঙি । মমৌগি মতৌদু মনেম খংখি, অদুবু মবমদি খংব ঙমখিদে । মখা অমুক তাবকই,

-পুনসিদ লুন ব্রাখল খন্গনু,

থবক তৌ, মহৈ খিগনু ।

মনেমগি ব্রাফমসি অবথ খংঙি । লুখ্রাবিন মতম সাংন সেন্নবিনব যাওদন লৈবসি ফৎতব মিযেং চংলক্কনি হাইবনি । মসা নহানি অদুন ফিবম অমা খংখিবন চুমগনি । বিনাসু মনেমগি ব্রাসি গ্যান তাই,

-ঈমা, নুংসিবব নসুনুম্পিসে

মাগিদমক খন্দব ঙমদে ।

-মদু চুমগনি,

অদুবু মাগি কাকাদি মচা যাওজদবনি,

-মদুসু খন্জবিবনি, অদুমনদি ওইবগ,

যুমফমদি হোংব যাই, লাইবকতি হোংব যাদে,

মদু থোক্কদ্র চিংনদবসু ঙমদে ।

ব্রাফম খবসিগি মতুংদ মমৌসু ঈমুংগি থবক ইংখাংদ মাই ওনসিনখ্রে । মতমসি মনেম মাংগোলদ ফমদুন লৈ, তানজাসিদ মসু চংলকই, মবোককি নাকত ফমদুন হংলকই,

-মবোক,

-কৈদৌবে থোইবি ?

-ঐখোই বাবা লৈত্রসু, মমা লৈকো,

-কবি লৈতনি, মমা লৈবিসিদি,

বাবাচৌ, কাকাসু ইসুগিদি,

-লৈ, ঐখোইদি ?

বিনা ফমুংদ হিপ্থবতনি, তুমথবদি যাদে । ব্রখলন পুদুন কোইন চংলি । মসিন মসা লৈতাহনদ্রে । মসা নহানি যুম পান্দব হাইবসি অবুব যামন লৈ । মবকসিদ মচাগিসু খন্দবদি ঙমদে । ফবে অঙাংগিদি মাগি কাকা লৈখ্রে । অদুবু হন্দকন কনাদ অমুক ? মপান থোকখ্রে । মাংগোল দাবিদ ফমদুন মহৌসা লাইবেমবিগি ফজবদু চিংন যেংলি । মতৌদু লাইবেমবিসু খংখিবগুম তৌরি । মানদি তোমববু পামজবনি, মখোই অনি নাম্ম ব্রাৎনবব ঙাকতনি । অদুবু কবমনদি

পুন্সিন্নব যাগনি । মসা-মসাগি মোৎসু খংনদন । মতোমত ব্রা ঙাংথোবকই,

-কবি মবম লৈদুন, অসুক ব্রাবিব ঐন,
মসিবু মবম চাবিব্রনে ?
হে মিওইব,নংগি পুনসি লিলাসে,
কযাদ সকলোন যামলিব -- ।

তৌফম খংদে, ইমুং অমুক চংখ্রে । থোকলিব থাজন মাবু চিংন য়েংহৌবি ।

দুগা পুজাগি সুতি লোইবমিন মসুনুপি অমুক বোবদিংদ থিল্লুবে। মসুগি অব্রাৎপ অদুন অমুক ইমুংসি ইচিক চিকলে । মমৌগি ব্রাখল্ খজিক কোমজব অমদি লৈবি । তানজাসিদ মমাংগি ইবেদু লাকই, মাংগোলদ ফমলিব মনেমগি নাকত ফমলবে । নুপিসি মখোই অনি ব্রা তান্নজবি নুপিদুনি । মতাংসিদ নহাসিন ওনসিল্লকই,

-ইনে, তোমবসু নামম হাংলিবনি,
বিনাসি মঙোমনদ ওইন পিসিল্লসিব ?

বিনা মনেম পাওখুম পিব খৌতক চাই । মবমদি ইমুং অনিসি থোংগাল মাইযোকনবিবনি । মসিন ফজদব খব লৈ । অদুন মনেমন তৌফম খংদবনি,

-তোমগদি ফজব ব্রাৎত্রা ?
-মসিন হেনন ফৈ,
মচাবু কবিগুমবদ যেংসিন্জব ফংলনি ।
-হযেং নুপি ব্রা তাদননে ।

মখোই অনি খবগ হেন্ন কুপ্ন খন্নব চংলি হাইদুন মুন্ন তান্নমিনৈ।

তোমবগি নাকত মনিংগি মতৈমা থোকপ তথোৎপি লাকতুন ব্রা অমা হৌদোকলৈ । ব্রাসিদ তোমব নোকপ নৎতন উপাই লৈখিদে । নোকপ লোইসিল্লকপদ ইকাইবপ তৌখি । মৌদুন মখা সমথবকই,

-নৎতে, নংবু যানিংদবৈ ব্রাবো ?
-কবি খুমদৌনো খাদে ।
-বিনাসু ফৈ কৈনো ।
-অদুই ব্রা নৎতেদ ইতৈমা ।

তোমব যানিংদব নৎতে । ফজবোইদ্র খনবগি ব্রানি । মাদি হৌজিক নুপি

খনবগি মতম নৎতে, মসি মসান খংজৈ। মবম অসিন তৌফম খংদবগি ব্রানি।

-তানজা চাব হাইবসি পাক হেক থোকতবনি।

খল্লু ঐ অমুক লাকখিগে।

মৌসি চৎখ্রে। তোমবদি ব্রাখল্ন মকোক লুমথবকই। খনব যাব কয়া খল্লুবব মতুংদ মসিনবু ফবব্র খল্লকলে। মসান যানিংব ফাওজখি। নোংমা তথোৎপিসি বিনাগি নাকত লাকই, মখোইনি ফমমিনদুন ব্রাবি তৌব্রি।

-নখোইদি লৈসাবি নৎত্রমিন

সৎ মতাংসি যামন চান্নববনি,

মসিন খ্বাইগি যাইফবত পুবক্কনি।

পাওখুম পিবকতন খজিকতং নোকই। অদুগ ব্রা অমা হৌদোবকই,

-খংদ্রেদ ইচে,

-নখোই অনিসে যাম চান্নববনি,

মতম অমুক মাংহল্লগনু ইবেমমা।

-হন্দকতি ঐ ঙাওব সোইদ্রে।

তোমবদি যাহৌববনি হাইবকপদ বিনা লোন্ন হবাওজখি। কবিন তোমবদি মান পামজব নুপানি। থংনব মিকুপত মচানুপিবু হেকতমক নিংসিংলকই।

-ইচে ইচানুপিসিমতং যাওবমদ্রদি।

-মযামন থব্রাই যাওবিবিসি মমৈদ নং থাগৎকদৌবিবানে।

পুনসি হাইবসিদি অব্রাব যাওদব যাদে।

অদুবু ব্রাগনি খনদুন হিংদবসু যাদ্রিব।

মৌদু অমুক হনখ্রে। বিনা মতোমত ব্রাখল্ তৌহৌব্রি।

মযামন সিন্বিদুন ঙসি. মখোই অনি যানবে। অদুন তানজা অমা ফংদুন মখোই অনি উনবগি তানজাদু মযামন পিবিখি। নুমিৎসি মখোই অনি যামন ইকাইজখি, তোমবন,

-বিনা পুনসি অসি মসক লেপ্প কানসু ঙমদে।

ঙসি অসুমন ওইবক্কনি নোংমত খললুব ব্রাফম নৎতে। বিনা অব্রা নুংঙাই যান্নব ইথিল্ অমন মসা পুমব থক থক নিকখি,

মথংদ মিৎলুদ পিবাং সিনথবকই, মিকুপ অসিদ তোমব মিতোপ্কি ব্রা নৎতন ব্রাবব মি অমগিদমক পিবাংদু তৈথোকচনিংঙি ।
অদুবু হুইঙক চাখি । মচিন্ন,

-বিনা কপ্লগনু, ঙসিদি কপ্কদব নৎতে ।

হেন্ন খোনজেল থোকন কপ্থোবকলে । তানজাসিদদি তোমব থৌনা পাল্লকলে । মখুৎমকন সিন্থবিব পিবাংদু তৈথোকপিখি । মতৌসিদ বিনান,

-ঐগি লাইবক নহাকন মসক থিহনবিগনুকো ।

-অঙমব মদু ফাওবদি ননিং থুংহনগনি ।

বিনাবু তোমবন নুংসিন মথানুংদ চিংসিন্দুন চেৎন কোনসিনবিখি । মহাকসু যানিংদব মতৌ উৎখিদে । লোনথোকতবি অমগুম তুমিন্ন লৈখি । বিনান তোমবগি থমোইদ বিনদিযাগি মহুৎ সিনব ঙমলিবব । অমন বিনাগি মফমদ মাগি অহানব মপুব্রাইব অদুগি মিনুংসিদু তোমবদগি ফংব ঙমলিব্র ? মসিমদি মসা মসান খংনজব হাইবদু তাবে । মিতোপ্ কনানসু পাওখুম পিব ঙমলোই ।

পনথবুব তৌদন চেনব-চোংব হাইবদু পাংথোকনবগি পুংফমদু নকসিল্লকলে । তোমবগি অপামবদু বিনাসু যাবদ অদুমক তাবি । পুনসি অসি মতমন মতাংন পুবকপ হাইব অমসু লৈ । লোইনন চাংযেং অমসু ওইন চংসিনব মসিদ অবানব লৈতে । মসি পুমনমক পুনসিগি মচুনি,

-বিনা, চৎনব তৌবসি ।

-ঐবু পুনসিগি থাদোকপিগনুকো ।

-কবিগি থাদোকলুগদগে ।

## কুননিথোইসুব

লৈকাইগি অহন-লমন্ কুপন তান্নবব মতুংদ তোমবখোই লুহোংবদ লেপ্লে। মনেমন মমা সকন হোংগদৌবিবনি। অওং-অউন নিংখিন উন্নব মযাম মওং তান সিল লাংঙি। অমবোমদ হনদককি থৌদৌসি লৈবাক ব্রা ওইখে। মচা লৈববি অমবু মাগি অহানব নুপা ময়ুমদ লুহোংব মসি মমাং হাকতকতগি তৌবকতব অমনি। নুপা ওইবসিংবুদি অদুম মতৌনব য়াওব্রি। মাগি মনেমসি লাইবিক-লাইসু হৈবি নুপি অমসুনি। মসিদনি ময়ামন য়ানিংদ্রিবসি। অদুবু উপাই লৈতে, মসাগি থবকনিন, মান কবি পামলিব হাইবদু যেংখিব তাবনি। মনুংদ মিযাম নাকপাক তানববনি। চিনগি লান তৌনব যাওববনি, চুমমি-লাললি হাইদুন। মযামগি ওইদুনসু লহোংবগি মাইযোকত লৈব মিগি মসিংন যামব হেললি।

লুহোংবসি তোমবগি ইমুংদদি হেন্নদুম হবাওনবি, নুংঙাইফমসু থোকই। অমবোমদ মিয়ামদি মখোইগি মবমদ ব্রা তৌনদে। সোমদ বিনাগি ব্রাতনি মযামন ফৈগ ফৎতেগ তুকা থিনবিব। লুহোংব নকসিল্লকলবদ অসুম খন্থবুবগ তৌফম খংলকত্রদুন বোবদিংদ লৈবিব মচানুপিগি মনাকত বিনা চৎলি। ব্রাখলদদি লুহোংবগি পাও তমলুগে হাইদুন চৎপনি। অমবোমদ মমা লুহোংবগি পাওবু মচানুপি অঙাংদুদ কবমন তমগদৌবিব। মতাংসিদনি বিনান ঙাওবিব। পাওদু তমব ঙমখিদে। খাংঙমদ্রদুন কপ্চখি। মচানুপিন,

- ইমা কৈদৌববগে কপ্লবো ?

পাওখুম থৈদোকতুন মমান,

- নপা নিংসিংলকতুন কপ্পনিদ।

নুমিৎ অসি নিংঙম-খাংঙমদবগি অব্রাবন যোমসিনখি। তসেংন লুহোংব তাবে হাইদুন মচাবু পুকমেন্নব পামবনি, অদুবু -- ।

নিংব কাইন, নুমিদাংব্রাইবমদ নিংদোন পোমন মচানুপিবু বিদাই পিবমদুন বিনা ময়ুমদ হল্লকলে। অহিংদুম বিনা তুমব যাখিদে। নুংসিবদ মচা হাইনবিবনি, অদুবু কাইনব তাবি, মতাংন মতমন, পুনসিগি

মসক অসুম হোংলকলি ।

বিনাখোই ইমুংগি মৌ অতোমবিগি কাদ মমানে মখোই অহুম ব্রাফম অমা কুপ্ন খন্নৈ । তৌবগিদি ইমুংসি মমাগি য়াকা যেংদুন চৎপ ইমুংনি । মকুবোক লৈখিদ্রবনি মমান ইমুংসিগি অহননি । মচানুপা অতোনবন হংলকপ ব্রাহংগি পাওখুমদ মমান চিংলেমন,

- চুমন যেংব হৈগদবনি । হযেং য়ুমনাক হোংখ্রবি
  মান নচানুপিগিদমক নুংসিন য়েংবিবকপ অফব ব্রানি ।
  ফৎতবি চৎনবিসি মুৎথৎলসিনে ।
- ইমা, নচা গ্যান তাদে, হিংলিবসি সমাজ লিংদুননি,
  ইতোমদ হিংব যাবসু নৎতে ।
- মুন্ন খললুনে, অফবদু লৌখৎকদবনি ।
  চৎনবিসি মি ঐখোই সেমবনিনে ।

মমাগি ব্রাদু যানিংখি । ব্রাখলসিগ নুমিদাংসি তুমন-হিপ্নখ্রে । সোমদন কমদৌবি, বিনা মাগি লৈখিদ্রব মপুবোইববু নিংসিংলকই । হৌখ্রব থৌদোক অমা মিৎমাংদ থোবকখি ।

- পুনসি হাইবসি কনানসু তমব ঙমদে ।
  মতম অসিদদি অমুক্কা হেন্ন--- ।
  ঐন কবিগুমব ফৎত-নুংদ থোকখ্রবসু নংন
  ইচাসিবু মি ওইনব সেমলকউকো ।
- হাইহৈদব ব্রা ঙাকত, অদুমন তাকপিগনু,
  নুপিনবু কবমন পাকলব ইপাকসিদ --- ।

মিৎলুদ পিবাং সিন্থবকই, মচিন থোকন ঙাংথোবকই,

- তামো, ঙসি ঐন তৌবিবসিবু কবিনো ?

নিংঙমদন খাংজখি । মিৎলুদ পিবাং সিন্থ-সিনথন, অসুমন অহিংসে অদুমক চৎখি, কনাসু থিংলুব ঙমদন ।

লুহোংবগি হৌনবি মতুংইন সিনব মপুংফান লোইসিললে । লুহোংবগি নুমিৎ পুংফম নকসিল্লকপ অসিদ বিনা হেন্ন নুংসুক নুংজান্নব হেনগৎলকই । অসুমন ব্রান কনাগুমবগিন নুংঙাইন মখোই অনিগি লুহোংবদু যৌবকলে । কুমহৈ ওইগদৌবিব লুহোংব অসি যেংহৌনবসিদমক মিযাম সেম-সাব লোইনখ্রে ।

লুহোংবগি ইঁসে হৌব মতম য়ৌসিল্লকতুন হৌনবি মতুংইন ইঁসে হৌখ্রে। ফজব নিংথিব লৈতেং কযান মনদিব ময়াই মফম চান লৈতেংলে। তামজা ওইবকতুন বোব থোকখ্রে । ভাবোক মযাম তোমবগি ব্রাবিন ইনিল হৌব্রি । কৈন্যাগি মতম ওইবকতুন মহাকসু মনদিব ময়াইদ থোবকলে । লুহোংবগি থব্রাই হাপলিব পুংফমদু য়ৌসিল্লকলে মসি চিংন য়েংহৌনব মিন সমুদ্র ওইখ্রে । লৈ কোইব হৌবে । অমুক লৈ পবেং হুপপগি পুংফম অদু য়ৌসিল্লকলে । হৌনবি মতুংইনন বিনান তোমবদ লৈ হুপখিবদু অদুমক নিংথিখি । মিযামগি খুবাকন মতৌ অমা ওইখি । তোমবন বিনাদ হুকখিব লৈ পবেং অদুসু অদুমক চিংলেমখি । অসুমন নুংঙাইবগ অঙকপগ পুনসিননদুন লুহোংবগি থৌবমসি লোইসিনখি। অমবোমদদি বিনা মবাইবক ফবিনি হাইব যাই। লমদমসিদ মাগুমবগি লাইবক নুপি অমতদ থোকখিদ্রি । কৈন্যা থিলখ্রে। লুহোংব যাওবুব মিযাম মযুমদ চাকসংদ অচৌব ব্রাবি ওইখি।

মচা লৈববি অমগ, নুপা মযুমমকতদ, খাইনবসু তৌদন লুহোংখিব মসিন অহানবনি। মতাংসিদ বিনাগি মমা সকন লুহোংবিবিব, মনেম মাবু মিযামন কন্ন ব্রাবৌখি । মনা সিনব ঙাকতনি । নুপিন খুলিংব ইমুংন তৌথোবকপ থবকপু কযা যুগোৎ চাব হৌনদে। মযামগি ব্রাসি মহাকনদি তাবিখিদে। মাগিদি অনৌব চাংযেংনি। অবানব চৎনবি থুপচিন্নব হোৎনবিবনি হাইদুন চাওথোকচবি । নুপি নহা অমন মতম সাংন মযুম পান্দন লৈবদ থোবকপ যাব থৌদোকসিং অদুদগি কন্জনব সিনবনি অসিনি মনা তৌবিবন, নুপিবু মি ওইন উদবসি । মহাক যানিংদে অদুন থৌদোকসি সিংনবিবনি ।

চাব থকপ লোইবদুন লুহোংব নুমিৎকি অহানব অহিংগি পুংফম অদু য়ৌসিল্লকখি। ধুপ্-চন্দল হৈনম লৈনম নিংথিন সাজোল তৌবব কানি । মনুংসিদ চংলুব পুকনিং হকচাং অনিমক ইথক হৌহললি । অয়িংব মৈঙল মসিন পুকনিংগি ইখৌলাংব হেগৎহললি । বোব-কৈনা অনিমক কাসিগি নিংথিবব সৈজাথকত হৌনবি মতুংইন পোথাব চংনখ্রে।

লৈবাককি যাইফনব অওনব অমা পুবকনবগিদমক খোং থাংদুন যুম থাদোকখ্রব বিনদিয়ান তোমবগি লুহোংব তাবদ থমোইদ হাইফম খংদব অব্রা-নুংঙাই পামমুব তিন্ব ইথিল অমা ফাওবকখি । থংনব

মিকুপত পিবাং সিন্থবকখি, মতৌসিদ মাগি খোংলোই নুপি অমন,

- মেদাম কৈদৌবিবিবগে ?

পাওখুম পিবকখিদে, ঙাইহাক তুমিন লৈখি। মতমসিদ থমোইদ মঙাল অমা ফংজখি। অদুগ তবংদ মচিন থোকন ঙাংলকই,

- ঐগি ব্রাখল --- ,

তামো, নংগি লুহোংব নুমিৎ অসিদ ---,

পুকচেলসেংন মংগোল অবসিবাৎ পিজবি,

নহাক মাই পাকপ ওইয়ুকো।



লোইরব

# ইবুঙো বিস্বামিত্রগী সাহিত্যগী মখল মথেল খুৎথাসিং অসি সু[redacted]
ঙসিগী যাগ্না চবক-চহিংনববা সমাজ অসিদা পাওজেল কযা ময়ে[redacted]
পাওদমলি।

# বিস্বামিত্র সবমমগী সাহিত্য অসি কুপনা যেংবদা নুপিবু থাক খাংনা থমোয়গী মমি অমা অদুমক লোইনদুনা চৎলি। অমোংপা লমচন্দ্র শ্রীমদবগী রাখবেনা ফোংহল্লেকই।

থোকচোম খোইবেই মৈতৈ

---

অয়িবগি ফোংলব লাইবিকসিং -

১/পুনসি লমবিদ ২০০৩ (সৈবেং)
২/ভাইবং ইবৈদ ২০০৪ (বেদিও ড্রামা)
৩/অমম্বদ ২০০৬ (রাবি মচা)
৪/মি অমসুং ঐ ২০০৭ (নোবেল)
৫/ইথক ১সুং ঐ (নোবেল)

রেদিওদ্দ সাননখ্রব লিলা :

১/ঐগি ইবালনি ১৯৯৯ (নাতক)
২/ঐগি লমবি কদোমদনো ১৯৯৯ (নাতক)

# রেডিওগি এপ্রূপ লেবিকস ওইখিব ১৯৯৯